# শৌরোল লাইব্রেরী

—:(0):—

MANIPUR



শিন্দোকচবা ঃ

শ্রম: কে: শমচেৎশাবা M, A;

ফোওজবা : শনুংকম কালা মেমোরিয়েল ম্যেনুস্ক্রিপ্ট লাইব্রেরী ।



মমল : লুপা ০০.০০ (কুন্দ) ।

কোপী মশিং : ৫০০ /-

তাং ৮ | ৬ | ২০০২ ।

## "খুদোঙ্গবা"

কোরও ফাংদোং ফমদোংনা
মোংগা য়াইবী থরায়লক
নোংমোন লাইয়ামক্তুদা
লৌনম লীচং চৌরোমগী
তাইবঙ অকাম শাজংপু
পারমা খাম্বী মমহওবা
মীৎয়েং সানখৈবিরিবা
পন্থৌগী ঙাংকৌ লম্বান্দা
পুক্নিং অকাম সাজংপু
ঈওতানা চামজগে
" শৌবোল লাইরেম্বী " পুয়াবু
খুদোঙ্গবা নওখিয়ু ।।

---

# রাম্রাং য়ানবা

"শৌবোল লাইব্রেরী" হায়বা পুয়া অসি মণুংদা মীওইবগী লমচৎ সাজৎ ঐনবা Moralism গী ওইবা লাইরিক্নি। মসিদা মীওইপোকনা নিংথৌ লাইবক য়ুমদিম্বা ওইদুনা লৈপাকী মপু ওইরবশিংগী হৌমা থাংপে, কদুংদা নোংকেল্লিবা মীপা ভূপীশিংগী লমচৎ কাওবা অফ কস্তগী কাওলম কয়াবু মযুংভানা ঐনদুনা মহুগী মহয় ওইনা কংজপদবা থৌওং কয়াবু নিংখিনা উৎলে।

থাইশেংনা হায়রবদা মী হায়বা অসি য়েলহৌ থিদুনা Anthropology গী পাদমদা য়েংলুবদা সা ভাশিংগী পুান্স থে ভহৌগ। কৈয়ি অমদগী লাকমিন্নংকপনি। অদুবু বাংলগী কায়াভা মপুংফ.ব সা কাণ্ডলূপ ওই খিবনা সা। পুম্বকী মথক্ত লৈরি। অদুনা বাখলগী পোত্মদা লাইগী থাক কাবা ভম্নবা মীওইশিংন সামচভঙ্গী নাদোক্তুনা অমাংবা মালেম অমা ওইহনবা কাওলম কয়াগী লাইরিকশিং পুথোক্তুনা মশাগী থাক শেমজনকই। অদুগুম্বা লাইরিকশিংগী মরুংদা "শৌবোল লাইব্রেরী" কৌবা অসিসু অমনি। ল ইরিক অসি তাঙ্কক ২ পোকই। অহানগীন লমচৎ-সাজৎ ঐরৈ। অদুগা অরোইবা লেচেগুগী মওংমা শৌবোল লাইব্রেরীনা মায়িক (শানৌ) গী শুকম অদুগা নোংপোকশিংবা লাইনা নায়ক (শাবি) ওইদুনা মীগা লাইগা থেংনরিবা জ্ঞান অদু উৎনবা হোৎনৈ।

লাইরিক অসি পীকচনবসু মীওইপোকপু হকচীকলাংনা মঙাল নাইবা পুন্সি অমা শাগৎপদা মপা লৈতনা কামহল্লি। তশেংনা হায়রবদা মীওইবগী পুন্সি অসিবু লাকওন-কাওমত্রবা বাখলগী শাথওনা মায়কৈ শলাই থওদবা মথৈ, চাংজো নাইত্রবা ঈপাক্তা লমথুংফম থওত্রবা হিয়োরগুম কোইপু পুদুনা চৎলক্লবদা অদুগুম্বা বাখলগী ঈপোমা নাপল মমাই কারক্লবশিংবু মমথনবা লবী তাকই। অদুনা লাইরিক অসিনা মকুওইনা থওহমিংলিবদি মতীক থওত্রিবা মীদা হবা মীৎয়েংনা বাহয়

কারন চনগনু, ফত্তবা থবক তৌগনু। অফবা তৌ। অচুম্বা লমচৎনা অফ। খরম ফংঙি, অরানবনা চয়রাক ফংঙি হায়রবনি। অতুনা, অফবা লমচৎ হায়রবসু মাঙলকপদগী ওসগী মালেমা ইশৌ লাংবা মুম-লাই অমা ওইরক্রবা পুংফম অসিমক্তা মালেম অসিবু মরক মরা অমা লয়কোয়মপুং অমা ওইহনবগীদমক লমচৎকী ময়মা পায়তুনা পুন্সি লম্বী থিয়্রু হায়না থগৎহল্লি।

লাইরিক অসি কররা মতমদা কনান ইখিবনে হাইনগী চপ্তবা খুদম উবা ফংদে। শ্রীরজনীবা লেন্দা অসিদ মপুংদা অতন্বা মতমগী বাহায় চাক্তা ওইনা উই। অদুবু করিগুম্বা মকমদা অহোঙ্ক লোনগী মচু হাইরেং হাইরফোঙ্ক উবা ফংঙি। অতুন ১৮ শুবা ইং কুমজাগী মথং মথং যুগ শবিশিগী থুং চঙলকই হায়ব থাজহল্লি। অদুগা মওং মরিন চাম্রবা অমনা ঐখোয়গী লোনগা চান্নবা "বাঙলা" মক্তা শিন্দোকচব ওইবনা তঙ্গিসী মণিপুরী বানান কাওলোনগদি নাকোইনদা উবা অসিন। অদুগা খাইদগী চুরিবা অমমা অরিবা লেঙ্গী অমোঙদা চন্দোকখবা হোৎনবা অসিনি। অতোক লুব মতাংদা থুং থানবা হোৎনজক্লবা পঙথবা ঐগী মোঙ অসিদা অশোয়-অতাম য়াওরবসু মথংগা থুংনজদা চুমথোকচনবা অখঙ-অহৈশংগী পাউত কপু কিগ: ওশান: নিজরি।

শিন্দোকচবা:

মীগী পোৎপু অচেৎ অকোম শেম্নহুনভা লৈনিংঙি। মীগী ফুরিৎখাউনগী শেল চম্লদা শেলবুনা খঙহৌদ্রগা ঐ য়াম্না হৈরে হায়না হক্লাউরে। জুরারভৎ পাম্জবশীংনা লল থুম অমদি লওরী-য়ুন্নু ফাওব, থাম্লাকুনা ইমু-মপুং, শাগে-মাতৈ লায়রকোমদা লংংরকাওবা মখোয়গী অপাম্বা থুংনবা হোৎনবদা করিস্সু মাচুংদে। ওক্তবা সাজং পামজবশিংনা ইস্রেগী অপাম্বা কোক্লবা হোৎনবদা হকচাংবু করিস্নু মত্তে হাত্নুয়না খন্দোকপা ওম্মী।

অহুনা ঐগী অপাম্বা শিনফম অমত্তং হায়বা ত্তারবদি লাইরিক ইহুনা মায়াদগী সেব্বা তৌবনী। অদুবু মীয়াম্না পাবিবা-পাবনবা হায়বসিদি লাইবকী রামি ফুরিবদি অপাম্বগী লম্বী অসিদি লোই-নাইদন থুরো চেনখ্রবা লমশাংনি। অরাৎপভমা লাদোয়চরি। মসি পুন্সিগী মহৌশা ওইরমাল্লে। লেল-থুমগী মায়কৈদগী রাং-জপা লৈবিদ্রবা, মালেমদা মিংচৎকী মরম্না পংগ্রবশিং ফাওবদা অপাম্বগী পন্থুং যৌওমদনা তাইবঙ খোঙ্গাওনখিবা ওাক্লি। অসিওবা লময়াম্বদা লেপ-লু মবা ঐগুম্মববুদ করিদি তৌনিদে। অদুনা "পুন্স" হায়বসি "অরাৎপগী লম্বী" হায়না রাইল পৌরিংঙি। অহুগা "উন্দ্রক্ষা লাই-মীং কম্লগা খমব্রাংচাক ওল্লি" হায়বা পাউমৌহুমদি ঐগী পুক্নীংদগী ইরাপমক লাপথোকখিরে।

অহুগা অয়োয়বদা লাইরিক অসিগী মরমদা য়েংশিনবীবগী মারোল অমম্ভ। পীবিয়ু হায়ভরবদা থুদোংথং বা থেংদোক অমনা পাঙ্গল মর্য়েং তাহনবীম্লবা শ্রীনংমৈমংকপাম ইবোচৌ সিংহ (হাওবম মরক, ইম্ফাল) পণ্ডিত রায়মা G.T.B, মা অবাবা খাংবীহুনা লাইরীকী মরমদা বাহয় থম্না ইবিবনীদমক হকাই থুমবা উৎচবগা লোয়নন ওঝাদা কোক নোঞ্জী। লোয়ননা লাইরীক অসিবু থরায় রাওনা নবীবগীদমক Daya Press বাংজিংগী থৌম্নয়োর ইনাউশিংবুস্থ তৌবীবদ উজনী।

## লাইব্রেরীকশিংগী ৱারোমদা

"শৌবোল লাইব্রেরী" হায়না কৌবা এম, কে: শৰ্মচেংশাবনা শিংলোকচবা লাইবরীক অসি মুন্না পাংয়ে। মসি লমদমশিংগীদা নত্তনা মীওইবনা নৈনবদা য়াম্না কান্নগদবা লাইব্রেরীনি। মসি ওক্কক অনি থোকই। অহানবগীনা মীওইবগী লমচৎ শাজংপু মমুং থাদা নৈনৈ। অকোনবগী তাক্কা লৌশিংগী কাওলোমবু মিংথিমা উৎলি। অহুনা অহানবগী শরুক অসিদা তাইবং পুন্সিবু অফবা, অইংবা, অত্তপ্পা পুন্সিগী লম্বী অমদা চংহমবগীদমক লমচংকী মাইকৈবু মাং তুং থুদোম্বী থিন্দুনা থাম্লি। অয়োইবা শরুক্কা মীওইবগী মাপল হায়বা অসিনা পুন্সিদা পীরিবা চৈথেংবু (ইকাই খেল্লোইনবনা চিংবা) মিংথৌই অকম অথৌ মনাইশিং অমদি লম্বোইবা অনিগী চরিত্রনা উৎলি। অখেংনা হায়রবদা ঐখোয় মীওইবনা লাইব্রেরীক অসিদা হান্নরিবা পাউতাকশিং অসিবু ইন্দুনা চংচবা ওমলবদি অফবা মহৈ য়ানগনী মীংঙি।

অহুনা অসিগুম্ববা থায়মগী ইপা ইপুশিংনা থম্মী ইন্না মমল য়াম্নবা অরিবা লাইব্রেরীকশিংবু মহাওইরিবা অহৈবনা মশাগী শিনফম অমা ওইনা হোংনজহুনা মীয়াম মাঙদা পুথোক্লিবা ইবুংঙো শৰ্মচেংশাববু থাগৎচরী, লোয়নবা লমদম অসিগী অরিবা লাইব্রেরীকশিংবু থিজিন্নিবাশিংদা য়াম্না কান্নগনী।

N. Ibochouba Singh
Pandit Yaima
G.T.B.

30/4/2002

# শৌবোল লাইরেম্বা

## ( অহানবা তাঙ্কক )

হয়াহে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংঙু নোংপোক মহাদেব, কুরু সিদবা খোইয়ুম অমম্বা, চীংঙু উদবা, তাইবঙ থবায় নিংশা পাল্লিবা, পুম্নমক খৈবিকী থবায় কোরও মনোংথৌ, রাঙবন মকাশা তা-ও চীঙু সনা নংখোঙথাদা তায়ৌমা মানবী খুংচম্না, মুকমু লৈতোন কোম্না পুক্রমদুনকে। তাইবঙ নোংশাপান পুংমযোল মুঙাইবা অসিদা মপান্নি পামুবা, মখোম মুংচাবা, তানোয় তুম্মংশি অপাম্বী, থংলেল রাঙংশি পামুবাসুং তোক্ক-থাইনবা পুংনে। হওরেন নাপনি খহদে. হয়েং শিগনি থনদবা পুংনে। নমু পোংওইবা, মালেম চিংখেক ৪ মা, মায়ুকয় ৮ মা, লুংদাই ১৬ মা, শীংগোয় ৬১ মদা মীপোক-মীওইদ্রিব অসি খৈবীকপু অফ কত্তা মথম নাইনা. মীপোক-মীওই ওস্থে কপা নমু মীমাচদনা অক-ফত্তা পোক্লিবা, চেলৌ মীৎনা উমা, মতৌ ওস্থোকনা, খৌমম নত্তবা চৎনা, লিংজেল ফত্তবা, মতৌ অফ ওং থায়না রাইমলকে ॥ ১ ॥

হয়াহে লাইনিংথৌ নোংপোক অথোইবা. উবা ৎওব ওমদবা, থুমাই পুম্নমকী থরাই ওইবিরিবা রাংথোই-চাউথোইবা লাই নহবু তাবীয়ু। ইবুঙো নঙগী থুমা থাদা ননাইনা লৈশি-লৈথোম্না থুরুমজগে। মুংঙাইপ্রবা তাইবঙপান অসিদা মচা মসু দুংশিবা কয়া কানেনরি, অপাম-মুংশি কয়া শেৎনা-থাইনরি। হোরেন-হয়েং খওদবা তাইবঙ ওইরি। মালেম শীম্বা থুনা লৈরিবা মীওইবগী মপোকতা ওস্থোক-ওস্থবগী মথক্কী পুক্সি কমানা অক-ফত্তা শক্তম কয়ামকমদা পোক্লিবা আসগী মরমদা মচাতানা হায়রকে। ১ ॥

নমু মীওইবা খৈবীক্কা লাম্নখিবা, যায়ম অকুবা, মহাদেবা কুরু লাইওইবা, অহন পুন্সি চেঙজেন কুইমক্লবা লুপশিংমা হাইরম্বা য়ানে। চিংগু মহাদেবা সনা মরাখংবু ওজা পদ্মো কুরু ও মাগী সনা মখোঙথাদা চাহয় কুমশী-মাবু থোঙন অম্না চঙনা পাউহৎজয়াবসুং নমু পায়মা লোম্বদা যায়ম পঙনা তাকপীরমদবা য়ানে। খোইয়ম লাইরম্লেন, যায়ম অচিবা থোরম ওস্থোকপা মতৌ শৈরোনবা অসীবু খোইনা খোয়ম লাইরমক্লেনবু, নমু পোংবালোন্দগুং ১ ঙৈনা লৈ:ত। নমু লিঙ্জেন চুমনা লোইদাম থাবুম থুদিংদা উবী পুক্নীং পিনা না-তা-ও: নমু লিঙ্জেন ফত্তবদি থোরম ওস্থোকপা, যায়ম নীংথিবনে হায়ববু তাকা-ম-অমরোই-এ। তোইকুম মপোক মীওই থুদোংদা অক ফত্ত তৌনা লালহৈ চাহৈদবা পুমমাবু নমু মীয়োল লাইয়োল অচুম্বদি তঙনা থঙনবমু খোইয়ম লাইরম্লেন্দা য়'য়ম তাঙন: খায়রকে ।২।।

তাইবঙ মীওইবমা লাম্নলমদাং ওইরিবা য়ারম অকুবা, অখোইবা লাইগী মশক ওইরবা, মতম কুইনা পুন্সিরক্লবা অহনশিংনা হায়রম্বা য়ানি। ইপা ইমা ১দি শিন্থাকপা খেক্কী মকমদা চহী কয়া য়ানা চঙজংবসু হাথল থেনবা মীদদি পাক-পাক তাকথোক্লবা য়ানি। মীরমলেন্দা ওইরিবা লাইগী থৌশিন-থোমাং অঙকপা অসি নত্তনা অত্তোম্ম লাইরম্লেন অমা লৈতে। লৌশিং লৈনা মীশি মা পুক্নীং চঙনা তাশিন্নু। অপঙবা ফত্তবা মীদদি ফনা অকবা ওইতুনসু তাক্লবা কামরোই। অদুবু মীওইবমা তৌরিবা অক-ফত্ত কয়াবু থঙনবদি হায়রকে ।২।।

তাইবঙ নমু পোংওইবা, খোইয়ম লাইবু নীংবনা উম্ব পুক্নীং তপ্পা না-তা-ও। খোইয়ম মোংপোক শিন্দবদা ঙাদী নিংথো মেহ'ন্দ্রমা পাউহংখি-এ। চৌঙ মহাদেব নামুংব-ও সনা নখোঙথাদা ম াইরেম মমু পোংবু ওইন পোক্লবশিংনা মপোক মীওই ওস্থোকপা, নমু মীয়ামদনা পোক্লিবা, কক্যাই সা থি গু লাইম্নিবী চাওমা, যাঙলেন নম্নী পোনবা,

তাঙজ মরৈলোম, চেংলৌ মম়ীং তাও, নাকোং ফুনপঙমবা, কৌশিং পুম়ীং পঙবা. চেংলৌ শকোয় থী, নমু মীওই চঙখোন্দনা পোকপা অসিশিংবু, ৱায়ম করম্বনো। তাঙজ খুকনশোয়, শমু মথুং লোম চৌবান মথা পয়না পোক্লবশুং মতৌ করিঙ্গমনো। লায়থুং অনাচঙ, লাইজ ঈশং কোংবোললাই, পাখোক হিংগুম্বা. লাইরেল লাইথুরোম্বা. লাইথুং তমথীবা, শমু মখোঙ-মথুং লোম়া পোক্লবসু ৱায়ম করম্বনো। পরেলাই চঞ্চলাই, ইন্দ্রেম্বুংশং, লাইরেলশজীক, লৈচাবী. লৈখে নবী. অপাং-অনোম. অপোন-অতং, তীনথুং-লাইথুংজবশুং মতৌ করিঙ্গমনো। ৩ ॥

লাইবু থাজব মীশিংদি মুন্না তাও। নোংপোক শিদবা লাইদা তাগী নিংথৌনা হঙজখি। "হে লাই সিদব ও, ইবুঙোগী নকমদা মনাই ঐনা তাইবঙপান্দা পোক্লরিবা, থেঙ্গুম়া মনম হেক পোন, মরৈ লোম্বা, মমীং তাঙবা মনা পঙবা, ৱাখল শুদবা, মশক থীবা, মীওই লাল্লুপ চাদনা পোক্লরিব়া, মখোঙ-মথুং শোয়না মচান মথা পংনা পোক্লরিবা অসিবু করগীনো? অহুগা অপাং-তমোমগী লাইথুং-তীনথুং তৌনা মখোঙ-মথুং তংলিবা পেরে ম্বুংশং, লাইরেল শজীক, লৈচাবী লৈথোনবীনচিংনা শয় তৌনা পোক্লরিবশিংসিবু মতৌ করমনো? ॥ ৩ ॥

---

শমু মখোঙ চিংশিনবা. লমহুন লমকাপ, শারৈ লমলাই, লমকাম তুকাম, হোবী, হায়া থুংনা পোক্লবশুং মতৌ করম্বনো। পেংজেল লায়থুং চঙনা, মমু মীথুংপাকতা নোংমনবা লম্লক অতাম্বদা মোংমনবা তরা চথংদনা নোংছাংমশুং ময়ম করম্বনো। মমু মীথুংপাক্তা চঙনা থাংলেন হুংনা কং, নিংথৌ দন্দিরাগী থাঙলেল শাবদা নেংমনবা, পামেন উতোনথক্কী উমু থারোম্লনা শীংচান শোগীন অয়াম্বদা মোংমনবা লাইজ ঈদা শিবা, থাম্বী ময়না চাকপা, হুয়েন লান্দা নোংমনবা, ৱায়বা সাদা শিয়রূপ, তায়ম মীনা খোম্মা মংমী হয়ন খোমহৈব। থুরান-চীনথীর। ইমলেল মোংব. ইমথাকনবা, অসীশিংগীশুং মপোক করম্বনো। তংলোয় মতু নাইদনা কৈদা খোঙশঙনবা... লৈরাং মরাক

শাম্লব, মোম্ল পীবুকমুংগী অমম মীৎলংবদা অণ্ডাং মীওইম্লববু অমৌ-
চৌদাক থানা মোংম্লমহমবা, তাওজ মরৈ হৈনা পুকহোম-পাউহোজব,
কোল্লোম্ল ময়াখংদগী মীনমশোব্রি মংহনবা, নমজা-নমথেক্লমা অহন
মথক্কীবু ফিদবা, সোব্রি রাপয় হায়বা অসীশিংবু মতৌ করম্বনো ।। ৪ ।

মখোঙ চিংশিবা, পুক্তা নুং লৈরিবা, সারৈ থুংলিবা, হায়া থুংলিবা
পোৎশেম-থৌরাংদা নারিবা, মীনা হাত্তুনা শিরিবা, লমসিংশিরিবা,
চরাহেম্দুনা লেপ্লিবা কয়া অসিমা করম তৌরিবনো ? নিংথৌগী
চহ্রাক্তা থাংনা কল্লুনা হাৎলিবা, উথক্রুগী ভম্মতুনা শৌনা লেংতুনা
শিরিবা, ঈশিংদা তাহুনা শিরিবা, ময়ুনা চাক্লুনা শরিবা, লান্দা
শিরিবা, সানা চাদনা শিব, হুয়ান-চৈনথী তৌরিবা, য়ুমময় হেক
থারিব মী অাসশিংসিনা করম্বা মপোক্লো ? হুপা ময়ক-নাপা মরক
ওইনা পোক্লরিবা, মীরোম্বীশিংগী অণ্ডাং হাত্তোকপগী শিনফম তৌরিব,
অফশারপা রাকায় ওাওতুনা মীয় অবাবা নংহয়া মী, অথোয় নাপল
কানা অহল-লন্নুবু থৌওইদবা, মিংচুমগী তওইব রা অমত্তা ও ওদবা
অসিশিংসিমা করম তৌরিবনে ? ।। ৪ ।।

---

য়াংলৌ লন্দাং চৎম নমু মীয়াম্লদবা, চরৈ থোংদ ই শেৎমা
য়াওমঙ মশুংমানগুম তাওজা ইকাই লৈওনা ওাওইনবা, নারা মধুথৈগী
হৌনা মপাম্নি শাতবা, মমের ফুয়দবম্লুং রায়ম করম্বনে । ময়ান অতোনতা,
চৈরৈ কিথুংদা, মাল্লৌ অশেৎরাৎ, চানীং-শেৎনাং মখৈ ফংওমদা, নমু
মীমাতোন অতোনব , তমুম মীন,ইথীবু ওহনা লো বমূং থৌরম করম্বনো ।
হে-খোইরম নামুংবা ও । নদাইয়েম ঐতোম্দ চাংঙ কোপ্লেয় নাতন-
মেনবু য়াথং থাওথৈনাইনা প.উত কপী-ও'' হ য়না প.উহংজরবদা
খোইয়ম মহাদেব ন.মুংবনা রাহমবিথি এ । ''তায়ম লেপ্লে ভাগী নিংথৌ
মেহত্তি লৌশিংব.-ও তাইবঙ নোংশাপ.ন পুম্নমানা থওহৈদবা রায়ম
অকবনে । তৌইগুম তাইবঙ লায়য়া, খোইয়ম রায়ম ক্লুওাইববু র.হুমলকে ।
কর্নাকোংপিমা না-ত.-ও ।। ৫ ।।

ৱাহৈ —

"অঙাঙ-অহৈ ওইনা লম্বীদা কোয়চৎ চৎলিবা, অতুগা মচা চঙা উবা ফংদনা লেপ্পরিবা অসিনা করিগীনো ? লাইরন নংনা শেংপা চাবা ফংদনা অরাম-থৌরাং থ ঙচুনা মীগী মীনাই ওইনা পোক্লরিবা অসিনা করিগীনো ? হে লাই অথোইবা-ও, তৌরিবা মওং-মতৌ কয়ামরুম অসিবু নন ই ঐঙোন্দা শেংনা তাকপিয়ুকে." হায়না হঞ্জচবদা মোংপোক অথোইবা লাইনা তাকপীরকই — "ইনাই ঙ'গী সিংথৌ লৌশিংচাউবা, হায়রিবশিংসি মীপুম খুদিংম হেক্কা থঙবা ঙমদবা ৱাফ্রি। অতুবু মীওইবগী অরান খুবম ওইবা লাইগী থৌশিল পুম্নমক্কু হায়রকে পূর্নীং চঙন তাও ।৫।।

মীবু কয়া লঙজ-অয়োন লৈতববু পাউহং মথৈ থঙদনা খুনীং উত্থুপ চয়থাহৈদে। লঙজ-অয়োনদ কৈ রবদি নমু ৱারক অরাম্বনে। থৌরম অয়োম লৈতববু খুঙ্গম চয়থারম্বগী য়াংলেন নমপেম্না পোক্লবনে। ময়োন লঙজ লৈতববু নমু ফৈবাক চপ্পা য়েথহ্নলং কোপ্লাংচম্না কুমাউ থেঙ ময়বা, সমু তুংপুম্না থঙরী ঙক্কোয় হুকপা, পরয় লানকা শারমদি থোইয়ম লাহয়িংপৌ, চৌংঙ নোংথৌ শোরারেল ৱায়েমবনা য়াজদে। সমু মথোঙ তেক্কা পোক্ল এ। থোইয়ম লাইরেল অরুববু অহল্ কুরু লাইওইনবশিংন হয়রিবনে। অশৈ চুংনৌশক্কা মমু মীয়াম ভিমারিঙৈদা নাম্ন শেল্দানব, কুমৈ চুঙাইবা থৈবিকপু য়েংহৈতব, নামুং অমৌ থেবিকপু য়েংহৈবা, উদ থঙদববু উয়ে থঙএ পাউদম, তারমদবু তায়ে-থঙএ হায়হৈব, উরম-থঙলম্ববু উদে থঙদে প উরোনবা অতুশিংদি থোইয়ম লাইনা য়াজদে। নমু মহকচাংঙববু মীমম য়েক্লয়ে হ য়বগী চৌনপোম ময়াথগী কত্তমদোমমানা মহয় চুম্না য়াঙথিএ থোইমম্না নোংদমদে। চেংলৌ মমীৎ তঙ, তাঙজ মরৈ লেম, নাকোঙ ফুম-পঙনন পোক্লবনে ।।৬।।

রাহুন =

মীবু অচুম-অরান খঙদনা ফুবা-চৈবা তৌগদে। লাল্লম্বদি চৈরাক পীববুদি মশামা তাই। মরাল লৈতবা মীবু ফুরবগীদমক মনম-পোম পোক্লিবনি। মরাল লৈতববু ঙম্মী হায়রহুন। য়োঙ্গিল ফজাং চম হেক কাজিন্নীবা, থৌমীনা মঙক্রা হেক পুনবা তৌরবদি শেংরারেন কোবঃ লংথনা য়াদবনা মথোঙ-মখুং তেক্লা পোক্লকই হায়নঃ অহনবশিংনা লুনা হায়বীরম্মী। লাইগী গিংলেন-মিংথৈ শক-শোম্বদা তাশিন্নদব, অফ নুংঙাইদঃ থোশাদবা, কত্তবদা থর য়ম ওবা, খঙদনা অথঙ শাবা, ওইদবা রা ঙাঙবা হৈমব, অমদা ১ অমদা ১ তম শিল্লা, মীঙ মাগুম্বনিকো হায়রবা খল্লদনা ফত্তবা পাংঙাঙ ঙাঙলুবন, লাইগী রাক্লঃ মমীং তাঙনা, মরৈ লোম্না, মন পঙনা পোক্লবনে ॥ ৬ ॥

---

অহন মথক্কীনা চাদ থক্কুগিংগৈবু নহা মথাগীনা হায়ম চাংচিল্লবা, লেংম্রে ঙা য়েনবা, সারেন সা-য়েনবা, চাকরেন-য়ুয়েল্লরিগৈদা উদ-থঙদ সালঙ হৈবা, নমু বীরাম্লক্ত, চাহৈ থকহৈব, মপৈ মক্লপ অয়াম্বা অহুশিংনা পেয়ে চবুন্নাই ইদ্রো-হুংশং, লাইরেলশজীক থুংনা পোক্লবনে। মীবু করি মরোন লৈত্তবু থরাম্ন পঙনা হাংলবাদি সমু মথোঙ-মখুং লোমএ। লাইজ ঈশিংলাই থুংনা পোক্লএ। মরোম লঙজ লৈতনা লীচম কারল ময়ুব, নুমীদাং চাশীং মযুরেকপবু ১০ চাহৈব, সমু হকচাংদা অপাং-অনোম, অপোম-অঙং খৈদ্বিকসুং, তীনমন-লাইমন চাউনা পোক্লএ। লঙজ-ময়োন লৈতবা, নমু লিনজেল অচুম্ববু থঙমী কোঙ্গোই, উত্তুপ থেঙ্গু নমঙাননা থাঙলেন য়াশাবদা নোংমন হল্লবদি পুন্সসীংদা চন্দনা থওগ্নী-কোঙ্গোয়, য়েংহিলং কোম্নাং কুর উ হংথেঙ অল্লম্ববু ললশিং মতীক্লববু নমু মীখুংবাক্তা চঙনা নেংমল হলএ। মীবু করি লঙজ লৈত্তববু তাঙজ মরৈত্তোম্না মীনম-পোনি নংহৈব, ইমলেল খাম্বী ময়থাবাশংদি মীপোক মীওই ৩ লাকপু নমু মীখুংচঙ, থাঙমাঙ-তুকমাঙতানা নোংমনবনে। ৭ ॥

রাহন—

চাবা-থকপদা মথক্কী মী চাদ্রিক্তৈদা হেক চাথোকপা. পোং-চৈ হেৎথদা মী উদ্রিক্তৈদা হেক লওশিন্না, মীমাঙ-পোংমাঙ খঙদনা চোপ-চাপ চাবা, অহুপুন্বা মীওইশিংদি লাইথুং তীনথুং পন্না পোক্লকই। মরাল লৈতবা মীবু হাংলবদি মথোঙ-মথুং শোয়না, মশাদা অতৌবা লাইথুং পক্লা পোক্লকই। মরাল লৈতবা মীবু পঙফু ফুবা মীতোন্দা চাক অপুন-মশা হেক পীজরবদি, অপাং-অনোম তৌনা পোক্লকই। মরাল লৈতবা মীবু ফা-পুন্দুনা, ফুন্থনা, থাঙনা য়ান্দুনা হেক হাংলবদি মহুগী মরান্না মানা শিজিন্নরবা খুংলাইশিং অহুনা অমুক হন্না লম্মন শিংলক্কুনা মাবুন্থ মীগী মথুন্তা শিংহল্লি। মরাল লৈতববু অন্নানবা হেক তাহনবা, মীগী য়ুম ময় হেক থাবা মী-শিংদি মপোক ওলক ফাও। থঙদা-তাদা শিবনে ॥ ৭ ॥

---

লঙজ-অয়োন লৈবনা হারম অচুমশানা মালেম লপাক চৌকপ. থাম্বী ময়হুম চৌকপদি খোয়্যুম ল ইন য়াজদে. কোনও নোংশীংজঙদা নোংমল্লএ। লঙজ অয়োনবা, লিনজেন অপয়বশিংনা হায়নন অচুমশানা. নমু মাসা চৌন্না থাশক অচুম শবদি পানবা কৈচীনচাকপু ওইনা পোক্লবনে। মীবু কন্নি লঙজ লৈতনা লিনজেন তচুন্নবু অমৌ হীদাক থানা নেংমনহন্নবা, তাল্লোয় মীতু মুন্না ঙাওনৈবা, নমু মিকাই কাবশিংমা কৈদা থোঙশঙবাবু ওইনা মপোক ওলক পোক্লগা লিন্না হপুবদা নোংমাল্লাএ। মোয়্ পিবুক্কুং অমম্বদা অঙাং মীওইরববু অমৌহীদাক থান্না থন্নায় পঙনা মাঙহনব, নমু মীহৌংচ অহুশিংনা মপারি-মযোম লওনদনা, মপে হুলারোন ংলকপু হায়েন অগৌবা থৈবিক্ত নোংমাল্লাএ। পল্লেম মম-মদোন খঙদনা, শাগৈ-পুগৈ থৈবিক্কা, নামুং অমৌ থঙদা; চৌল্লেঙ য়াথং কায়বা, থুংকাই-শগাই থেকপা, শোকচিন-মাংজিন হৈবশিংমা সায়ৈ পুয়ৈ থুং, লমহুন-তুহন, মঙ্গ-মকাপ, মৌচীন-মীয়া থংবা, যাংলৌ লম্বী চংমা, চবৈ মকিসেত্তনা তওজ ইকাই লৈতনা ঙাওবৈবা নমু মীরমচং খঙদনা য়ামৌ মশুংমানগুম্না পোক্লাএ ॥ ৮ ॥

বাহন—

অয়াবনা অচুম্বা শাহুনা লয়বাক হেক চীক, ময় হেক চীক্কুনা বাশল্লবদি নোংময়শীংজঙনা পান্দুবা শি, অমসুং মশা চীক্কুনা বাশক্লগা কৈমা চাহুনা শি। লাজদবা মীবু হ পীজহুনা হেক চাংপা, মীগী মতুদা হেক লানশিমবা মীশিংহুদি মপোক ১ দা মুপীময়ক নীপাময়ক ওইনা পোক্লগা মপোক ৩ লক ফাওবা লিম্না চীক্কুনা শিবনে। অঙাং তোয়না ময়থগনবা কত্তবা মীশিংদি মপোক ৩ লক কাওবা মমীংত মচ ১ তা উবা কংদনা হ থক্কুনা শিবনে। শাগৈ মরী-মতা, মমা মন্দোংদা তৌহে তৌহৈদে থঙদনা মথুং-মশা শাংবা মীদি শারৈ-পুরৈ থু না, ডাওরি-কৈরি তৌনা মফি-মরোল থঙদনা কোয়চং চংপা সাগুম্না পোক্লকপনে ॥ ৮ ॥

মীগী মরল হুবা, থঙদনা অথক্ত শাবা, হৈত্তনা অহৈশাবা, মীনম শোরি চংপাশিংদি তাইয়ম মীনাই ওইবা, ময়াল অতোনতানা পোক্লএ। লাইজ ঈবু থওইদবা, য়াথং চৈহায়-থাংহায়নবু পুক্লিং মহৌশাবু ওইনবা, লাইজ ঈযোমংদসু লফি মোইদান মুংশীং চংলম্বা, অহুশিংনা ইমু খোইরুনা লাইজ ঈদা নোংমল্লাএ। থাম্বী মৈবু চৈরম্বা, ময়হম খোঙনা ইমচিনবা, অহুশিংসুং চকমোম ময়থাঙথোদা নোংমল্লএ। পামেন উবু থুক্লমদা, খোইমোম কায়নোংকম থঙদবা, তম্না উপান থুদীংদা পামেন কায়দোংননা, ১০ চামন থোঙদা পেংবুম লাইজ ঈচথয়ম্বা অহুশিংনা পামেন থুংয়োনথনা নোংমল্লাএ। লোইমোম কোপয় চঙনা থাঙই চাং-কোইনীকপা, কয়কায়নম হৈবা, থাল্লে লওকোমংগী লোইয়োম কো হুইহেদে। চাচীক য়ারেকপপু পাজ হৈবা, ১০ চ মিময় থৈবকপু য়াথং অথাখোকপা অহুশিংনা ১০ চাথুংদনা, লমজোঙ থুমক চঙনা ১০ চানিববু ওইনা পোক্লাএ। ১০ চাথংলিঙৈদা বাইশেং তমসিংপা, লুক্লেন মম্নয় শেয়া ১০ চাতংলিঙৈদা লোকথু খোদেম চাউবদি, চেংলৌ শকোই থীনা হরি চন্দ্রাগ অমাংববু ওইনা পোক্লএ ॥ ৯ ॥

রাহন— মীগী মপোৎ হুরানগনবা, অংঙ-অহৈ শাগনবা, ওইদ-পাদবা চংপশিংদি লাইর-অনংবা ওইনা পোক্লকই। ঈশিংবু থওইদবা, ঈশিং মথুংদা থীকায়-মুংহান তৌশিনব মীশিংদি ঈশিংদা ঈরুক্লহনা লি! অচুপা মরুদা ফত্তবা তৌবা, মরুহন থোঙনা ঈনথা মীশিংসু মমনা চাকুনা লিয়ে। উগী উশক থওদনা লইগী কায়দোংফম ওইবা উদা তোংছনা থী হেক কায়থিল্লবা, ঈশিং হেক চংশিল্লবদি উদগী তত্থনা লিয়ে। মীগী করদগী, লৌবুক্তগী কৌহেক হুরুবা, চাক অপুম্বা মীতোন্দা পীজরবা, চাকনিবা লাংকপা মীদা থীনা হেক চৈথিরবা, মথোয়না পোক্লকপদি চাবা-থকপা কংদনা, চাক্লিবা মী ওইনা পোক্লেয়। মীনা চাক চারিটৈদা বাইশিংপা, তিনশাংপা তৌবদি মশক থীবা মীনাই ওইনা পোক্লেয়। ৯॥

হে তাগী নিংথৌ মহেন্দ্র-এ থয়াং লাইরমপাক কৌবদি ১ তৈনা লৈতে। তাইবঙ নোংশাপাম, নমু পোংবু ওইবগী চেংলও মীংনা থীংনা উরিবনে। মতৌ ওদোকপা রাবন মত্তবা অচু থৈবিকপু মাল্লেম লয়থা থাডানা থয়াং গারকরুব কৌবদি অসীনে হায়না থোয়ম মহাদেব শিদবনা অত্তম পাউতারবদা থে ইরম নামুংবনা ১মক রাহমথিএ। হে তাইরম তাগী নিংথৌ মহেন্দ্রিও থোরম হোনথোকপা অমসুং রাহবরকে। উব্রী পুকপ্পনা না-তা-ও। নীপা লিনকেম কত্তবা, অহন মথকীবু কিদবা, নাপন ময়াই কাবা, নমজা-নমথেরুবা, হঞ্চক-ঙাচক শাদা, রাথং হেয়োরব, কাঙ চাকচা রাথুম নাইদা, লাকোং চীক্রা বা হায়বা, মমু লিপ্লেন ফত্তবা অচুশিংগীদি লাইরীক শাংদা চপ্পয়। রাওরও সারু ওইনা পোকথিএ। মীগী মচু লম্লবু তাল্লোর মতু ওইম মমীংবা, লল্লোয় মচু শোকপা, তাল্লোর মীতু হুনা থংলেন হাপোক থায়বা, রামন থরথিল হৈবা, অচুশিংদি শাপৈ-পুপৈ, লল্লাই পুরী ময়েক থঙদা, তাল্লোর নাক্রা থাদনা থোবা ইয়ৈ তথা রাওরও

মশুং ম'নগুম্না, খোয়মা মাম্বক চঙনা লম্লক অতাম্বদা পামেল উকু শেৎনা লম্বে ইবনে ।। ১০ ।।

মাহুন— হে ঙাগী নিংথৌ, লাইম্নেল হায়বা অমা তোম্না লৈবা নত্তে। মীয়মলোল অসিদ, শংশং উম্নবা অসিনি। মথল-মথেলগী অবা-অমা ঙয়া উৎবা অনিবু লাইমমলেন্দা লাক্লখা কৌবনে। মথং মথং হান্ন-মককে পূক্লৌং চঙনা তাও। লমচং ফজদবা নাঁপা ওইবশিং, অহম লম্মং খঙদবা, লমকেৎ-লমহাইবা চীরোম খংলোন তৌহ্নবা মপাংম্নোংদা অক্ষব; শামগ। মীবু মাঙনবা শীনবশিংগীদি থোইদন্ন হায়মলিঙ্গ-ট লৈস্তে। মখে মদি সা ওইনা পোকস্রগদবনি। মীগী মুপীবু মাঁতাবা, তিম্নবা স্নপকী মুপী শোকপা মীগী মচু মুন্দ্ননা মতৈ মনাউ কায়ন-হনবা, মীগী মম্লম কাম্নবা চীনগায়বা হেক ঙাঙবা, মীশিংদি পামী-পুনৌ খঙদনা মুমালং-খুম্লিংবা ঙমদনা; শেৎপা-চাবা ফংদনা সাওম্না কোয়চং চত্তুনা লেননে ।। ১০ ।।

---

শ গৈ য়েক্লহৈদবমু য়েক্লবা, অহন মথকীবু থোওইদবা, খোইয়ম লাইবু নমশেম্নবঃ, লাইমীক ময়েক মীমায়বা, অহম খোইয়ম লাই-ওইরবশিংবু মখোঙ খুয়া উকুল উংনা কমকবা, অহুশিংদি মপোক লাংওন খুদৌংদা অবা লায়থুং চাউমা, নমু মীম্লক চলববু ওইনা পোক্লএ। হে ঙাগী নিংথৌ মহেস্ত্রি ও; তৌইঙম থোমম ওস্তোকপা অমদি ব্রম থাম্খে নাইনা বহম্লকে। মুপী বাচুমদবীশি গীদি থংলেল মপুমোয়বমু য়াথং নমদা হমা নংপা লম্ল বমু মীংময় শেপ্ল য়েংবী, পুক্লিং য়াকম লুনবী, লাংগেম তেম্না হইঙবী, রাইথুং পান্দম খঙদবী, থংলেল রায়োল য়াম্বীশিংগীদি, থংলেল মম্বা নাইদনা, তাইয়ম নাইয়োইথী, মীয়োয় অতোম্বী, শোইয়েন অথেংবী, শীংলেল লৈথুং তায়া, চানীং থক্লৌং থুংদা, অমা লয়থৈত্তানা পোক্লএ। মুপী লিমলেন অপয়বী থংলেন মপুম্নোয়বু য়াথং পাউবী থোক্লবগা লিম্না তাংলৈ হর্পূবা ওইনা চীকচংকে

থাবী, লয়মথেল কথাল কষীবু ওইনা মমু পোং ওইবা পুন্নমাশী পন্নেম মমা ওইনা পোক্ল এ" ।। ১২ ।।

রাহন— হে নতীক চাউবা লাই, মীমা খণ্ডব ওমদব খোরম কয়াবু ননাই ঐখোন্দা তাকপীয়ু হায়না হঞ্জচ্চরবদা লাই শিনবনা হায়রকই । "হে ইনাই ওাশী মিংথৌ, মথং-মথং হায়রকে মুম্না তাও । তুপী লমচং কজবী, মপুম্নোইববু লাইগুম নীংবী, অতোপ্পা নীপাশিংবুনা পোকমিন্নবা মবুং-মৌপ্‌ামক্লি থনবী, পূকচেল চেংপী, রাহুক-খান্দা কজবী, ঐ কমগা লোইয়ে থজবীশিং অহৃদি মপোক খুদিংদা মিংথৌ কোনশী লয়মশীংদা চম্না, লম্নবাকী মমা ওইম পোক্লবনে" ।। ১২ ।।

---

মোম্ লিনজেম অঙ্কবী, মীশী মচা লম্নাখবু পলেম পীবুক্লংশী মান্নেম লয়তামানায়কপগুম, মহা মখাশীবু মানা পোকপা মচাগুম, খোঙাল তাইহেন মাইদবী, পীজ হনয়েংদা পীনা পামুদবী, পুক্লীং উঙ্ম লাইজ। ঈচীহনবগুম্না চীকথোইবী, পুক্লীং পময় চেংপী, মোম্ মীওই চঙখোনবী, লাইজ ঈমোং হওদবী, থংলেল মপুম্নোইবশী য়াথং মপাউমেনবু য়াথং পাউহোং নাইদবী চৈযে থাওদিল লংগুম, য়াথং মতাকবী, চারি-থাক্রিবা খৈবিক্তো পুক্লীং চাংগগুম্না রাগক ওম্বী, চানীং লওমীং লৈতবী, মোম্ লিনজেল কত্তবী, তুপী লিনজেল য়াংবী, লাইজা ইয়ৈচনগুম, পুক্লীং চেপচংনবী মমক্তা রাজুদবী, পুক্লীং থাংথৈ নাইনা লাইজ ঈঙ্কমচেংকুশীশিংদি মোম্ মীওই খুদোংচুং, খোইয়ম লাইবু নীংবা, ওজা গুরুমেমশী সমু ওয়রমথানা মতীক ওথৈচাওবী, মমু পোংথাচা পুম্নাশী পলেম মমা পোকমাখীবু ওইনা পোক্ল এ । হে ওাশী মিংথৌ মেহন্দ্রি-ও রায়দ ওম্থোকপা ১মুং রাহম্নকে ।। ১৩ ।।

রাহন— তুপী লমচং কজবী, মীশী মচাবু মচামক্লি থমবী, মথাথাবা মীযু মচাযকা থামনা ইচা-মীচা থায়দবী, পীজ-পীথক কবী, পুকচেল ইঙবী, রাশক চেংপী, লোং-হাদবী, মপুম্নোয়বদা হায়বা ইনবী,

নীপা-মপী য়াখল য়াম্না চৎপা ওখী। চাব-থকপা লৌকশিংমী, মিতাচাউগন্নবী, লমচৎ কল্লবা মপীশিংগী মমক্তা তিল্লুদবী, ঈশিং ঈরেলগুম পূক্চেল মক্কবী মপীশিংদি লয়পাকী মপৌ-মপাশিংগী লোয়নবী ওইহনা মীয়াংগী মমা ওইনা পোক্লেয়। অদুনা হে ভাগী নিংথৌ অমম্থু অমুক হায়রকে ॥ ১৩॥

---

নীপা লিনজেন অফবা, হুয়েন লানফম খুদীংদা থোক্লম। মংমু লৈদম্না নোংমবশিংগীদি মচাক মীওইবনা অথম মীপোকপা, অথৌ লাক্লোম্বু ওইনা পোক্লএ। ম লেম লংমু ভঙাংবনচিংনা, ভাম্লোম মতু পাংথুব, ভায়ম মন ই দা পীজ পামুদ, পীনা হময়েংদা, কোম্লোয় য়াথং মেঙ, খোইয়ম লাইগী থৌদা উনবি পুক্নীংপিনা, থৌরম অশোকপদা থোয়না মায় লয়চিনবা, লঙজ-অয়োম্বা খৈবিকপু য়োকপি কম্বী হৈবা, কল্লক-য়েক্লা হওনদবা, থকসী-খাসী খঙনা, অহন ভাঙজ কোকথোংননা খোইমোম লাইবু নীংবা অহুশিংদি ললুরোন মতীক চাউএ। কোম্লোয় মিংলেন চৎনা, নিংথৌ লয়পাক মপু ওইনা পোক্লএ। নিংথৌ লয়পাক মপু ওইরবগা খোইয়ম লাইবু নীংখোইবা, তাইয়ম মনাই য়োকহৈবা, থবায় পঙনা চাউনা লিনজেম য়াচুমম্বা অহুশিংনা মাল্লেম লয়পাক চাউএ। নিংথৌ মমায়ববু পানবোম মথা থানা য়াইফ মিংলেল চৎনা পালহৌএ ॥ ১৪॥

য়াহন= থৌনাফবা মীপাশিংনা সাথেং লাংনরকপদা মায় ওন্দনা শিলোকপা ভয়বাদ মপোক মপোক খুদীংদা কল্লাই-ফানাইবা ওইনা পোক্কই সনা-লুপ মচিবা কয়াবু মতুদ-মনাইদা পীথোকপদা অমদি পীজ-পীথক ভোবদা পামুবা লৈভব। য়াঙাঙ ইঙবা, লাইনা তীনগী থবকতা থবায় য়াওজবা চঙজয়ক্লবা মীশিংবু থাজানবীবা, থকসী-খাসী খঙনা, অহল-লম্মনশিংবু কিনা-লুনা চৎবা অমদি লাইবু য়াম্না নীংজবা মীশিংদি মপোক মহয় য়াম্বনা লয়পাকী মপু ওইনা পোক্লকপনে।

অহুগা লয়পাক্কী নিংথৌশিংমা লাইবু য়াম্না নীংজহনা মীয়োক-মচাম ফবা ওইরবা, মীহাং-মীপুন থৌদবা, অচুম্বা চংপা ওইরবদি লয়পাক অহু চাওখংপা ওইহনা নিংথৌ মমান্নবশিংবু নমথহনা পানবা ওম্বনে ।। ১৪ ।।

---

নিংথৌ লয়পাক মপুমা লওজ অয়োন থম্দনা, রায়ম অচুম চুমদ নাইদনা থরায় পওনা মাওহম্বা, পাউহং অয়োম-অচুম খওদকিডৌ, খওমী কোন্দোই, অয়য়-অপুন হানবা, নিংথৌ লয়পাক ১পু অহুশিংগীদি লয়পাক ময়েংতা, কেয়োয় মিংলেল থী, মিংথী রাইরে চেনবা, পুন্সি চেওজেন কওনা রাইরেওএ। লোইমোম কৌময়োনবু পামুদা, ১০ কয়দাংশাং, ইমলেন মোংবা মখুৎয়া, তাইয়ম নাইরৈথি, কাওয়েন শরৈতোন, ময়ন-মথুব থৈবিকপু, মমান অতোন তবদা লনওজেরম্নবাশিংদি হায়েং লাংওন মপোক ১দা নালেম নিংথৌ মথংগী পাত্র লয়পাক কোয়, মতীক্ষ ওমখৈ চাউববু ওইনা পোক্লএ। লাইরিক ময়েক হৈবা পুক্নীং রাচুমহুবা, লাইজ ঈচীকহুনওম পুক্নীং থোইমা চুমথোইবা, লৌশিং পুক্নীং ওম্না, এজা কুরুলেমবু খোইহমলাই মহাক্কে মনীংব, খোইয়ম লাইগী বা অচিববু উনবি পুক্নীংচেংপা, অহুশিংগীদি, নপা মীওই চঙখোনবঃ, ওজাকুরু লাইওইববু ওইনা পোক্লএ ।। ১৫ ।।

রাহন— লয়পাক্কী মপু ওইরিবা নিংথৌমা অচুম-অমান খওদনা মীবু হেক্তা হাপ্তোকপা, মরাল মকম খওদ্রিদৌওদা চৈরাক হেক্তা পীবা, অহুওম্বা নিংথৌশিংদি লয়পাক্কী মিংচং থীবা ওইনা পুন্সি তেম্না শিবনে। লৈত লাইমশিংদা কৌ-চেং হেক পীবীবা, ময়ুম-মকয় হেক শাাববা, সানসন হেক পীবিবা, অওম তৌবীমবদি মপোক অমদস্সু লয়পাক্কী অওম অথৌ ওইনা পোক্লকই লাইরীক লাইশু হৈবা, অচুম্বা চংপা, ঈশিং অম্লবওম্না পুকচেল শেংবা, রাখল চনীংতাবা তাকপি-তম্বীবা মীশিং

(শিজ্জাকপা) বু ল ইমক্তি নীংজবা লাইরোল তিল্লোল অক্কববু কাউদবা মীওইশিংদি মপোক অমদা মীথোই-মীহেনবা নীপা ৷ ঙমদি মীনা লাইগুর থনবা মপী-মপা ওইনা পোক্লকই ॥ ১৫ ॥

---

কোয়ও নোংদামদনা নমু পোং ওইবশিংবু অচ-অথক পীজহৈব। য়াংলও লমখাঙমদা লাইজ ঈয়োকফু থিম্না তৌজরব। অতুশিংগীদি লওক্ল চাউ্পাকপা. উরুম বাকোঙবা, শীংজা কোনথিনবা, ভাইয়ম নাইশিবা নাইকোইববু ওইনা পোক্লএ। মহা-ভুবী হমু-হবা থাক্তুনা মচীম-মম্না ভুম্নিব। খৈবিক্তা শোকশিন পনশিন্নববু মানা পোকপা মচ,গুম্না থবায় মুং,শাহবা, স্নমি-চৎলিবা খৈবিক্তা পুক্লীং ৱাথি মাইদনা মীগী শিনফম স্নৈবা, উনবি পুক্লীং ফথেইবা, অতুশিংমা মাহুবা হীদাক হৈবা, নমু থবায় হিংবীবা মীবু ওইনা পোক্লএ। ওজা-কুরু অনিমাদা পুক্লীং অকি চঙনা য়াথং পাউহোংদবা, কুরু পোথন হৈবা, খোইয়ম লাইগী থোবু উনবি পুক্লীং থমহৈবা, লিলজেন ৱাচুমস্নুবা অতুশিংনা, নমু পোংবচলক্তা লাইথুং অন নৈতনা পেক্লএ হায়না খোইয়ম মহাদেব শিদবনা ভাগী নিংথৌ মেহুন্দ্রিদা ৱাহমলমএ। তৌইগুম ভাগী নিংথৌ মেহন্দ্রিও, মপোক মীওই ফত্তবশিংবু মাল্লেম লয়থাতনা থম্লৈৱারকপা-ও তোমা কৌএ ॥ ১৬ ॥

ৱাহৈন= মতম পুম্নমক্তা মীওন্দা পীজ-পীথক ফবা, অতুগা লমহাংদা পুখ্রী থমতুনা অরাম-খোৱাংবু ঈশিং পীথকচম্নবা মীশিংগী মপোক অমদা ইনাক-কয়ৱাক থুম্না লওয়াম চাবা, কৌগে চেঙ্গে য়াম্না লৈবা, মীনাই-মীশন কয়াগী মপু ওইনা পোক্লকপনে। অশোক-অপন থোক্তুনা অৱ-অনা তারবা মীওইশিংবু মচাম্নকুম থম্দুনা য়িম্ফংশি উত্তনা তেংবাংবীয়ব, ঐমু মীমু অন্ধান হায়না থম্দোক্তুনা মীনা স্নবা থবক্তা স্নবীবা, পুকচেম ফজবা মীশিংদি মপোক অমদা অনা ল্লায়েংবা হৈবা মী-ওইনা পে তুনা মীগী থবায় কম্বিব উবা ওইরবনে। তাকপী-অহীরিবা

মীবু শিন্থা মশক খণ্ডনা কিনা লুনা চংচবা, লাইথৌ-তীথোদা পুক্নীং চঙবা মীশিংদি লাইথুং-তৌনথুং পক্কবা মী ওইনা পোক্লবনে। অস্রা লাই শিদবনা ভাগী নিংথৌদা তাকশিখি। অদুনা ভাগী নিংথৌ মপোক ফত্তবা মীশিংবু লাইগী চয়রাক কৌবনে ॥ ১৬ ॥

---

মাল্লেম লয়পাক মপুনচিংবা মপোক মীওইকববু কে রঙ নোংগা ফবও ভোনা কৌএ। নমু পোং ওইবগী চেংলও মীংবা উরিববু থোইনা নমু পোংলমচং ১ তৈনা লৈতে। মীপোক-মীওই থুদং লোক কুমশাং ৪ মাদা চংকদবা, ভাইনও মমু পোং ওইবনা ল মযা র মমনে। মমু পোং ওইবা মপোক মীওই অফবশিংবু থোইয়ম লাকনে হায়না মীংজা-ও। মীবু য়েক্লইহেদে। নিংথৌ লয়পাকমপু ২ সুং পুক্নীং সোনাইহেদে। মালেম লয়পাক কোয়বশিংবুসুং রামম সোরি হায়ইহেনে। তাল্লোয় মতু য়য়হেদে। তুপী লিনজেন য়াংবা নীপা মীচৈহেদে হায়না হায়রা থোইয়ম মহাদেব নামুংবম রাহমখিএ। ভাগী নিংথৌ মেহস্ত্রিনা মাল্লেম লয়দা পক্লা পাওমেঞ্জখিএ। "নদাইরেম ঐবু থোইয়ম সনা নয়াথংবু পীনরবদি তাইবঙ নোংশাপান পুন্নমাদা পাউতাকচরগে" হায়রনা অশুম পুক্নল্লবদা থোইয়ম নোংপোক শিদবনা রাহমখিএ। "হে ভাগী নিংথৌ মেহস্ত্রি-ও, থোরম ওয়োকপা অমদি, নিংথৌ লয়পাক মপুগী তাল্লোয় মতু শোকহৈদে, পংলম মমা পোকমাবানে। লাওদ্যা মীসা চাবা, লমহুয় হুয়ত্তমথীবু ওইনা পোকখিএ ॥ ৭ ॥

রাহুন— "অদুগা লয়পাকী মপী-মপা ওইনা অমদি থুংভাই মাইক ওইনা পোক্লরিবা মীওইশিংবুনা নোংদোল লাইরৈপাক কাবা কৌবে! অদুনা হৌজিক ঐথোয়না মীংনা উরিবা অসি নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতবনে। হায়ব্রিবা অসিদি তাইবঙমীনা হেক লৈনিবাখে থোক্কদবা বানি। অদুনা অফবা মীওইবনা হোংমবনা লাইহুমলেলনি হায়রন খল্লু মীবু থক য়েক্লপনু। অদুনা লৈপাক্কী মপী-মপা ওইবশিংবু

থক লাম্না থনক্রদে। খুল্লাল্লকপা মীবুস্তু তাথী তারেই তৌকদে। মশীবু ফুবী-চৈথিবা হায় সিমস্তু থক তৌরদে। অদুগা মুশীনস্তু থকসি থাসি নাইদনা নীপাদা থীনা ঙাওকদে”। অশুম্না লাই শিদবনা তাকপিহবদা ঙাগী নিংথৌনা হুংগৎচরকই। ননাই ঐনা ইবুংঙোশী য়াথং মতুংইন্না মীপুম খুদীংদা থওহনজরগে হায়না হঙ্গচ্চরবদা নোংপোক শিদবনা অমুক্তস্তু হায়রকই—‘হে ঙাগী নিংথৌ. অমস্তু হায়গে তাও। নিংথৌগী লয়মদগু মীংয়ে কারন তৌবা য়দে মখাগুম্নি। অদুবু শেংক্রবদি মপোক ১ দা লাওদ্যা-লমহুই ওইনা পোকপনে ॥ ১৭ ॥

---

ওজা কুরুরেন থইয়ম লাইহৈনবশিংগীস্তুং শোকহৈদে। পরেম মম পোকমবী বহাক্লে। মপোক মীওই ১০০ মকপু য়াওরগসাবু ওইনা পোকখিএ। য়াথং অচুম্বা, উনবি পুক্লীং চেৎপা, লিলজেন অচুম্ববু খোইনা খোইয়মলাই ১ লৈতে। কোরও নোংজা খুদীংদা খোইয়ম লাইমিং শোম. চীংগু লাইশঙ লিংবা, খোইয়ম লাইরম্নেনবু থওকাত্তনা কুরু পাউভাক শাহৈদে। লাইরোক মরেক শেংদা, সাসেন মরিন ওমদা অরুম-অয়াং থায়দা, চয়ত্তপ-পোত্তপ থগুকাত্তবনা অঙ্গিলাইয়ুম থাহৈদে। খোইয়ম লাইরিক অয়াম্ববু থওলবস্তুং, মিরেম থরায় থওদবদি কুরু মমিং থাহৈদে। লাম য়ারম থওদরিএ। খোইরম লাইশক থওদা, মীগী মপাউ তানা, থওদনা অথও শাহৈদে। থরায় ফম্বীমেন থওদবদি লাইরা পওনা হায়ফরোইএ। খোইরম লাইরম্নেম অচুম্বদা তাওজ লৈত্তোম হৈফরোইএ। কুরু মাথং লৈত্তনা, লাইরা পওনা হায়হৈদে। পাউভাক মরম শুদা, থরায় য়াইবী থওদনা কুরু পওনা ওইহৈদে ॥ ১৮ ॥

রাহুম— অদুগা তাকপী-তম্বীরিবা মীশিংগী মুশীস্তু শোকহৈদে। মমা মকা পংথক ওইবনা মপোক ১০০ রক্তা সা ওইনা পোকপনে। অদুনা অচুম্বা ঙাওবা, অচেৎপা পুকচেল লৈবা, অচুম্বা চৎপা হায়রবা অসিদি লাইগা চপ মাথরবনে। থওগু থওদনা লাইশঙ অমা শাজিন্নগা

শুমিং খুদিং লাইনীংবা শাহনা মতৌ মালহন্নগা মাংওন্দা থক পাউতাক পীরোইদবনি। লাইরীক লাইশু কয়া হৈফাওব মীনা লাইরীক থক ইরোইদবনি। লাইরীক য়াম্না হৈহনস্নু মীহুনা ইথোক্লকপা লাইরীক্তা পাউতাক উংপা ওমত্রবদি (মুংগী বাহন পীবা ওমত্রবদি) লাইশু খঙদবা ওইরিবনা অইবগী যিং থাহৈদে। লাইগী-তৌনগী মরমদা মীনা ওাওবা তারগা অথও-অহৈ শাফদে। মুংগী মরম খঙত্রবদি লাইরোল তৌল্লোনগী বা থক ওাওলোইদবনি। লাইগী অচুম্বা লম্বীদা কায়ন-তুমন হায়বা য়াদে। তাকপীবা মীগী পাউতাক য়াওদনা লাইরা-তৌনবা শীজিন্নবা য়াদে। মুম্না খঙত্রিবা বা মীওোন্দা থক হায়বা য়াদে ।। ১৮ ।।

---

হৈতনা অহৈ শাফরোইএ। নামুং অচম্বা কৌএ। খোইয়ম লাই-রমলেন্দা উনবি পুক্নীং তম্না, য়াথং বাচুমস্লুনা, থবায় কম্বীরেল খঙবা কুক য়াথং হোদবদি খোইয়মলাই মহাক্নে। নমু পোংওইবা খেবীক্না উনবি পুক্নীং লেপ্তরিঙে, খোইয়ম লাইরা খঙগে হায়না কুক পঙনা নাইফরোইএ। পুন্স চেঙজেন কওনা বায়রেঙে। কুক থবায় খঙদবা লোশং তাংথংনাহুবা, খোইয়ম লাইশক খঙফাওবদা চহী কুমশীং য়াম্না শেবা থোখনজবস্নুং খোইয়ম লাইফম খঙলুবু অরা ইশোলাংনা তম্নুইএ। থোরম অরোকপা খঙনা কুক লাইরম থিঙেনে। লাইরীক মরেক শেংদা, খঙকাং-হৈকাওবদা ওজা পনা চঙহৈদে। লাইরক রাংপবু, কোওয়াও রাত্তোন ওমবওম্বদি মরাংথখিএ। ওজা-গুরু মাগী নিংথৌ লম্পাক মপু ও যাদি থোখল লাইরেককরোহএ। লোশিং বারৈ তমহৈদে, লৌথুপ কোইথানফরোই। য়াথং পাম্না নাবফরোই; পুক্নীং অপেন থিফদে। বারম পঙনা হায়করোই। খোইয়ম লাই মহাক্নে ।। ১৯ ।।

বাহন— হৈতনা অহৈশাবা হায়বসি হওনদবা থবক্নি। লাইগী তৌনগী কাওলমদা য়াম্না চনীংতানা, তাকপী-তম্বীবা মীগী য়াথং মতুংইন্না

চুংগী মরম মুম্না বিজিন্দুনা চুম্না চংপ ওম্নদি লাইগী মতীকচেম্বা শোয়দনা ওম্নবনে। অরেম্মা পুকচেহ লৈত্রিভেদা লাইর-তীনবা তম্বা য় দে, পুন্সি তেনগনি! তম্বীবগী কাওলেল থওত্রিবা; হৈ-শিংবা বাংপা লাইবা-তীনবা শুনা হৈত্রিবা মীদা মহৈ-মশিং তম্নবদি য়াম্না বাগনি। অতুনা মহৈ তম্বা হায়বসি য়াম্না থওবা মীদা তমগদবনি। লাইমীক লাইগী মতীকচানা হৈতবা মীদা মহৈ তবা হৌনদে। লাইমীক হৈতবা হায়বসি মকোক চাউবা বা পাম্বীনা মতোম থংতম ওমজিন্নওম্বনি। তম্বীবা মী অমদি লয়পাকী নিংথৌ হায়বসি তম্নাই তমাই চঙবা য়াবা নত্তে। মাখোয়দা লোনম তৌতুনা অশিংবা থক শাফদে। মপান্দা অক শারগা মুংদা লৌশিং তৌতুনা অপাম্বতু প্রপ-প্রপ ফংনবা থক হোৎনমোইদবনি ॥ ১৯ ॥

---

চীংঙ্গ লাইবু নীংথা, জিনচেন য়াচুমওবনা মতীক ওমথৈ চাউমা পেকএ। ওপা কুম্ফরেনগ, নিংথৌ লয়পাক মপুগা ৩ মাবু থোইনা থোঙয়াম লাক্ত ১ লৈতে। লৌজাল থাজকরুমোই, য়েক্সা সোনাই চঙবা লৌহেদে চেংলৌ মীংশোক্রকরোই। চাথান কিনা থুমহৈদে। লয়োয় পুক্রোং নীংফরোই। য়াঙবী কলহও লীক্লিডৈ খোয়মা মায়রোক্রহৈদে। ওঙ্গা কূক্ররেমস্নং, নিংথৌ লয়বাক মপুস্নং লমচৎ মহৌশাদি লয়পাক মচা খোকপগুম খোয়মা তাইচেং নাইফরোইএ। ওাইবী মায়দৈ চঙফদে, শাগৈ মীচঙ লিফরোইএ। মপাম পাউথিম য়াজফরোই। মমু পোংবুদি মথৈ ফংহৈদে। য়েক্সা লিনজেল চেলহৈদে। য়াচুম তাওনা হায়দৈনে। বারেন থাখৈ নাইবদা পুক্রোং হনয়েংফরুরোই। ওজা কুক্ররেনগা নিংথৌ লয়বাক মপুগা ৩ মাবু থোইনা তাইবঙ নোংশাপানগী চেংলৌমীংনা উমিবা থোইয়মলাই মহাক্কে। ওজাকুক নিংথৌ লুয়বাকমপু ৩ মাদি লঙজ-অয়োন লৈয়বস্নং য়াথং পরেং শিল্লকগা লঙজ-অয়োম কোকও ওমএ ॥ ২০

রাহন— লাই-তৌনবু য়াম্না নীংজবা অচুম্বা চংপা মীনা মিংচং কবা মী ওইনা পোকই। অতুনা শিস্তাকপা অমদি নিংথৌ হায়বসিদগী হেন্না অত্তোপ্পা লাই ১ লৈতে। মাখোয়না চাল্লবনি হ য়তুনা পঙথা থাজবস্থ য়াদে, কত্তনা খল্লুবস্থ য়াদে। অতুনা মখোয়দা মীৎচাননা য়েংবস্থ কত্তে, উনবদা চৌন থুমতুনা ফাগী মালহন্বস্থ কত্তে, মরুপ মপাংগুম খম্বস্থ য়াদে। মখোয়না শাউরিবৈত্তেদস্থ মমাক্ত চঙশিল্লোইদবনি। অতুনা তাকপী তগীবা মী অমদি নিংথৌ হায়বসিদি মীপুম খুনাংমক মচাগুম্না খন্দোকপা ওবা ওইগদবনি, অচাব-মীরাইগী রাথল চেনবা য়াদে। মরী মত্ত, শাগৈ-মাতৈগী রা থম্লোইদবনি, হায়জিনবা চংলোইদবনি। মখু পেম্না চৈবগু চৈহ্নদে। মীয়াম্বু য়েরুবা ওইনা খনবস্থ য়াদে, অচুম অচুম্বদা হায়গনি। রায়েন ফিরেপ লোইগ্রবদা শেমদোক শম্জিন তোবা য়াদে। অতুনা শিস্তাকপগা নিংথৌগা হায়বসিদি তাইবঙপান্দা মীৎনা উবা লাই হায়বদি মাখোয়নি। মখোয়দি লাল্লুরবস্থ কোকপীবা ওম্বনে ॥ ২০ ॥

---

পদ্মো-পল্লেম পোকমাবীবু লওজরুয়বদি লিনফু ২মা কংলে। ময়োম লওজ কোরুববু পুম্না লৈতরে। মীওই মপোক থুদংবু হায় চন্দল ওইনরুএ। তাগী নিংথৌ মেহন্দ্রি-ও থৌরম অবোকপা ১স্রং রাহম্রকে। অথৌলীচ হেম্লবু লৈত্তরবদি মাল্লেম লয়বাক চাউবীদে। লাইমীক ময়েক হৈতবা খোইয়ম লাইমিং খঙদবদি থুনগঙ অরেম্বনে। বিদ্যা লাইরিক হৈবা, লিনজেম বাচুম সুবা, খোইয়ম লাইরয়েন খঙববু লৈত্তবা, মাইবা হীদাক সুবা, মমু থবায় হীদাক থবায়হিংবা লৈত্তবদি নিংথৌ লয়বাক মতীক থাহৈদে। শয়েঙ পানবোম কথা, পাঙ্গল মথৌ লৈবনা য়োৎপী হুইয়েন ওইমাএ। মমু মীওম্ভোক, খোইয়ম লাইগী থৌদা অঙাও মাগুহেম্না, অশিং তুংকোমবা, রায়মা সাদ হৈ, হুয়েন লান্দ থৌবনা লয়পাক মীউ ওইনা হেন্না লাংথোংশকএ। মমু মীরাম্লক্তা পাউশা লৈথেং হৈবনা পুক্নীং ময়োম চোংমএ। মমু মীপাউতাবা য়াংইবী

মঙ্গংহৌওহৈদে। মীগী মতীক খঙদনা রায়ম পঙনা হায়রকমোই। নমু মশক উদনা পাউদম পঙনা হায়রৈহেদে ॥ ২১ ॥

রাহন— মপা-মমাদা লম্না মীদি শিরবা মীঙ্গুবনি। মরাম কোক্ত-পিনবা কনস্থু লৈজ্রে। মপোক মপেক খুদীংদা অত্তোনবা মী ওইনা পোক্লগদবনি। হে তাগী নিংথৌ অচুম্বা রা অমস্তু হাররকে। মথৌনা লৈবা মী লৈত্রবা লয়বাক্তি মীথাপোক্লগদবনি। লাইনীং-লাইশোন খঙবা লাইরীক হৈবা মী লৈত্রবা খুনদি অরেম্বনে। লাইরীকহৈবা, অচুম্বা চংপা, লাইথোঙ-তীনথোঙ খঙবা, হীরাক-লাংথক খঙবা লাইয়েংবা হৈবা মী, হ য়রিবশিংসি লৈতবা লয়বাক্তি মশাং চনবা য়াদে। মপাঙল কবা মী লৈবনা লয়পাকী পাজল ওইনৈ। অহুগা লাইগী-তীনগী থবক্তদী থে ইনা থৌশারুদবা মীশিংনা সাদা-লানদা থৌমবদি লয়পাকী শক্সল ওইনৈ। মীয়াম তিনবা মরক্তা ফাগী ঙাওবা হৈবা মীদি মীবু অরা পোথাহল্লি। মীগী পাউ তায়গা শাউবা হওনদে। মতীক খঙদ্রিবা মীদা পংতাও ঙাঙবা তোয়োইদবনি। মীংনা উদ্রিবা পাউ হেক্ত লওবা চুমদে ॥ ২১ ॥

---

তুংদা রামা হায়, মাঙদা রামা তেফয়োই। মীনম-শোরি চংনা উদ-খঙদনা মাঙ্গুং অমৌ চংহৈদে। অমম-অঙন খঙদনা মীনম-শোরি চংফয়োই। থোইয়ম রাচুম শূবনা অপয় অচুম খেৰীকপু লাইরীকশীংদা চল্লিএ। মিরল অপাম্বা অহুবু লওনংচ নাংলুকয়ে। তুংদা রা রৈচেনবনা মীগী মরল তেল্লোএ। মমন লনঙ শারবদা পীজ হন য়ুংদরবাদ তুংদা মহম্ম পানবনে। নমু পোং ওইবদা রারম কারন চলহৈদে। তুংদা রারম থোক্লএ। তুংলী-মাঙলী খঙবা, জিনজেন পুক্নীং ফবনু নমু মীওই অফবনে হায়না পুক্নীং ইকাইথুরএ। তাইবঙ মীকোক মরতেংনা মকম মতীকচাউবনু তানকংএ। তাইবঙ নমু পোং ওইবগী মরংতো লমদাংশাহওনা মরমচাক্তি রারম অসিবু থোকনা ১ তনা লৈতরবনে।

খোইয়ম লাইবু মীংবা কৌবসুং অমা লৈতে। অহন খোইয়ম লাইওই-
ববু থৌজাবা, শেল্লোয় মপাতাউবু তাওজ ইকাই খুম্না লোয়নবা, নহা
মথাঙীবু থৌজাল লাদোন হৈবদি খোইয়ম লাইরম্লেন্দা মপোক
অক্ষবনে ॥ ২২ ॥

বাহন— তুদা অমা হায়, মাওদা অমা থক তৌরোইদবনি।
অরোম্বদা ফত্তবা থবক তৌহৈদে। অমম-অঙানবু খিদনা অরাপ্প থবক
তৌবা য়াদে। লাম্বা য়াদবা লাইনা অচুম-অয়ান পুম্নমকপু ইদনা
য়েক্কনা থম্লিবনি। মরম চাদবদা মীগী শেল পুশিল্লোইদবনি। শিং-
দোকপা ওমহৌত্রগা মীগী শেন্দোল ওইহোই। মীঙোম্দা কথোকথিববু
পাযুসগী রাখল চেন্দ্রবদি শোয়দনা মহয় ফংবনি। মীগী রা কায়ন-তুয়ন
থক হায়বা য়াদে, কোম্না রাফংনরক'ন। মাঙ-তুং থঙনা পুরচেল শেংবা
মীদি মীনা ইকাইথুম্না নাকোকথোংবা মী ওইবনে। অদুনা তাইবঙ
মীওইবনা চংকদবা লাজং-লমচং হায়বসি অসিদগী হেঘা লৈত্রবনি।
অদুনা লাই নীংবা হ য়বা অমা তোপ্পা লৈবা নত্তে। অহল-লন্দুনবু
লুনা তৌবা, মরূপ-মপাংবু ইকাইখুম্না লোয়নবা, মথাতাবশিংবু য়োকপী
চানবীবা হৈববু লাইরম্লেনগী মী কৌবনে ॥ ২২ ॥

---

নমু মীয়াম লৈতনা মীকোক মীরু তোংফরোই। মপোক মীওই
অকবা, পুক্রীং রাচুমস্কুববু লৈরবসুং লোয়শঙ ফাল্লুলিংকদে। তাইবঙ
নোংশাপান অসিবু মীওই পঙনা পানফদে। চেংলও শকোয় থীববু
য়াথং পাউনোক্লহৈদে। শক্লেয় মতৌকববু পুক্রী পঙনা পান্ফরোই।
মোমম্ব হুজা ওইবীদা মীয়ায় য়াথং অদো থোকহৈদে। মাল্লেল
লয়পাক মরানে। য়াথং মীয়াম চংদি পল্লেম মমা পোকমবী মাল্লেম
লয়পাক লয়বানা য়াজদে। মপোক মীওই খুদীংদা নমু মীয়ামনা
শোংফদে। হে ভাগী নিংথৌ মেহক্রিও, রাজম থাজেনাইনা হঙুইরবনে

হায়না চৌংঙ্ মহাদেব নামুংবনা অশুম হায়খবদা মদাইগী ঙাগী লিংথৌ মহেন্দ্রনা মাল্লেম ফুপ কত্তুনা হাকৎচখিএ। "হে খোইরুম লাইনিংথৌ নাঙু ব ও, নদাইগী ঐসুং তাইবঙ নোংশাপান্দা পাউতাক্চরগে" হায়না পুক্নজখিএ হ য়দবরা ৭ ২৩ ॥

য় হন= মীয়াম চৈতনা মীকোকথোংবা য়াবা নত্তে। অচুম্বা চংশা অক্কবা মী ওইবে হ য়চুমহু হেক্তা কমদাইবা য়াবদি নত্তে। অচুব্ মীওইবদি পঙবা য়াদে। মশক থৈবা মীবু নোক্ষবা য়াদে, অতুগা মশক কন্নবন্ধু মীহৌরোইদবনি। তুম্বীবু থীনা ঙাংবীরোইদবনি মাথে য়াদ অখাওকনবীনি। অচুম্বা মথোয়বু কীমায়ননবদি য়ারেন ইম্মা শাওবনে। অচুনা মপোক মপোক থুদীংদা মীমায়নবা মী ওইনা পোকলুমনে। হে ঙাগী নিংথৌ ঐনা হায়খিবা হাশিংশি অরেম্মা ঙাক্তনিকো হায়না নোংপোকশিদবনা হায়মবদা মদাই ঙাগী নিংথৌনা থুরুমহুনা হায়জখি। হে লাইনিংথৌ নতৌকচাউবও, মদাই ঐবু তাইবঙপান্দা থঙহনজমগেকো হায়না থুম্নজখি ॥ ২৩ ॥

---

খোইরুম নোংপোক মহাদেব মামুংবনা অমুক হায়মখিএ। "তাইরুম ঙাগী নিংথৌ মহেন্দ্র কৌশিংব-ও, নঙদি হয়েং কলি যুগ ককোমবদা নিংথৌ মপুখি কৌমা পোকতাম-ও। নবোম পেম্মা চেংলঙ শকোমহেৎঘী ২ মাসুং পোক্লগঙবে। মবোম হান্না ফুমবদি চৌংঙ্ ঐনা লওরুগে। নবোম কোম্না পোকপদি খোইরুম থাগী মহাশাকবনা লওরুগনো। হয়েং তাইবঙ কলি অকোমবদা চংকদবা মতৌবু হায়মন থাথে মাইনা হায়ম্লকে। উনবী পুক্নীংতপ বণ' মাকোংপিমা মা-তাও। খোইয়মলাইবু মমদহুম, মাগ্না শেম্দানবা নমজা-নমথেক্না, মপা-মচা থঙদনা শীগে-পুগে চান্দনা মনাল-মোংবা ইমথাই পাম্লকগেদে। চানীং-লওমীং মথৈ লৈভনা, থকসী-থাপী থঙনদনা অঙাং নাউন্না

অপিশা, চহী কুমশীং য়ামদরিবনা রারম সোহ্রি মক্তববু অহন তাওজা কোকথকথোং, ইনচক-ওচক শনা, শাগে পুগে খওদনা পোল্লৈরে। নমু মীমাতোম অতোনবা, শাগে য়োদিহও খওদবনা য়েলহও শগে কবাশিংবু য়াথং তুরারুনা পাল্লৈরে ।। ২৩ ।

রাহন— অগুম্না মোংপেক লাই শিদবনা অমুকন্থু হায়রকই। হে ওাগী নিংথৌ লৌশিংচাউবা, নওদি হয়েং কোংচক অকোনবদা ঙিংথৌ মপূথিবা কৌনা পোক্লম্মু। অদুগা নচাহুপী মশক যজবী ২ ও পোকচৌ। নচা নিঙোল অহন্দি ঐনা লওগে। নচাম্নপী অতোমবীনা থাগী নিংথৌ নহা শাকবনা লওসম্মু। অদুনা হয়েং কোমচকতা তৌ-মপদবা রাবু হায়রক্তে মুমা তাও। মতম অদুদা লাই থাজমক্লরোই। মীনা হায়বা থৌশাদনা মামা-মানা তৌবনা করবনি খন্দুনা মপা-মচা মতীন-মনাউ অমত্তা চঙনরোই। কল্লক-মিহৌবনা থকসি থাসি খওদনা অতাংনা মীহন শাক্লনা অহল-লম্মন মশক খওদনা হঞ্চক-তাচক শানা লৈরগদবনি। হওরককং মকম খওদবা মীনা শাগে-শল্লাই অকববু হন্ননা য়েংলগদবনি ।। ২৪ ।।

---

তাইরম মীনাই ওইবা, শল্লাই পুরী শেংদবনা নমু মীকোকতোং লয়মলেল কয়াল করেলৈরে। শল্লাই পুরী মরেকী, শাগে মতীক চাউবনা, নমু মীথা পোনলৈরে। পোম্বী থমও হৈমুচেক্লা খুম্ব মাথী তেরাওই, লাংলেন কোওমাও থাখুম্বনা পোম্বী থমও ওইলৈরে। থাগৈ লংক্র অপাকপনা মরাক পীক, ইমেমা লায়শাং ওই, তুশাংনা ইমেন ওই; পাথী-কোমথী অকুংপা, খোংবাল লাইরম অকুংপনা তোওলৈরে। চোম্বী-খুরাক্লক, অচেপ লেপ্পা লাইরক্লোইএ। নমু মীওই অপিশা, কলি মশক অরেমবু মরেপ থুংতুপ ১ না লেপ্পলৈরে। থানেনবু কো-রোংনা লায়, অনা-লাইথুংরাম, পুক্লি চেওমেনকও, চানীং-লওনীংলোই-দমদা থরাম পামুদা। ঊনবি পুক্লীংথম, খোইমোম লাইগী থোদা

খোয়মা নম্মুক্লমা খৌরম অরোকপবু উনবি পুক্লীং কাউমা চাহয় কুমশীং ১৭ তা মাকেন মখোকুম্না বায়বোঙএ। অহৃগীবু কল্লিও কৌএ। মাপল ময়াইকা, লৌথুপ মামাহায়, মমু লৈনী মোঙ, মকোক মমম ওমমা পাল্লঙ্গেন। অঙ্গীবু কজিও কৌএ।। ২৫ ।।

র.হ্ = মম্নী-মখোঙ ফত্তবা অত্তোনবা ফুরুপকি হুপীনা সিংথোগী লয়ম! ওইব্রগদবনি। য়েক-শল্লাই কবা অচৌবা শাগেগী মীনা মীথা-পোম্না হিংলব্রগদব নৈ। থুহ্রখরঙনা লমথুহ্র ওই, লমথুহ্না থুহ্রখরঙ ওইমগনে। অপাকপা লওকম্না পীকশিল্লকনি, ঈপাক্লা তুমেল ওইমগনি, তুমেল্লনা অপাকপা ঈপাক ওইমনি। তু-খোং অকুৎপনা তোঙলমগনি। হুম্নান চীম্থী তোয়মক্কনি, অচুম-অমান খঙলম্নোই। কোম্নচক মতম হপচ না য়েৌমল্লবদি তাইবংমীগী মমেপ মসি থুহ্রপ ১ খক্তা মাংলগনি থামেমবু চহ্না লামহুনা হেক্লগনি। লাইথুং-লাহুনা খঙদনা পুন্সি তেল্ল-ব্লগনি। চাবা-থকপা ফংলক্লবনা শিবা নাবা কিমক্লমোই। লাইথৌ তীনথোদা থোনাম্নক্লোই। অফবা ম,থল অমত্তা খনবা ওম্নক্লমোই অমদি চহী নৌমা মচিন ময়া শোক্তুনা শিমগদবনি; ঐমা মহেল্লে থন্দুনা ভাঙনিংবত্তা ভাঙলরগদবনে। অওম্না তৌরকপা অসিবু কোম্নচক কৌমে।। ২৫ ।।

---

কলি অমম্বদা খোইম্নম লাইরম্নেমবু কাউদনা লিনজেন ম্নাচুমম্পুবনা উনবি পুক্লীং লেম্নশিংদি খোইম্নম লাইগুবা মহাক্নে। মপোক মীওই ফবগী নমু মীরাম্নকমুং লাইনীং পঙনা লৈরম্নোইএ। অবা ইশৌ লাং য়েক্লা কমল ম্নাম, মাইরে-লাম্নেচেম্না পাম্নঙ্গেনে। মীগী মতু অম্নলামখবু তাম্নোয় মতু ওইনীংবা, লওহে-চাহেদখবু লওমীং-চানীংবা, তাম্নোম তোক্নহক, লিনজেন পুক্লীং ম্নাং, হকাই লমথুম থঙদা, চৈরে কিশেংতাউ, খোইম্নম লাইনা নোংদখবু মমদহন, মীগী লম্নচং তুংঙামখদা পুক্লীং

অপাম চঙ, চৈরৈ ফিশেং তাম, মাঙগী-তুংগী হওনরকপা লমচৎপু খোয়মা নমশেন্না, হৈতনা অহৈশা, থঙদনা অথঙশা, অশেং-অমাং থঙদা য়াহন্ন কাম্বনচম, চানীং-থক্লীং মত্তোম লোমদা, হীম্নীং-তুম্নীং মখৈ থঙদা, য়াথং অয়োল-অপয়, অঙম-ঙমদা মখৈ থঙদা, মীগী মীতু মীনাই খোম, লৌথুপ ফিথাথা, য়াথং ফমহোং য়াম, থরুৎ-থরথনা থকসি কান্নল লাল, মকোক-মময় ওনা ফমহোং নোংশাং চয়রেপ্তুনা পান্নৈঙেনে। মুপী লিনজেম য়াংবি, থংলেন ফমহোং তোয়বী, য়াইথুং পান্দম থঙদা, শাগৈ-পুমৈ নাইদা, মচন-মনিং থঙদনা, ফিংগৌ থাগৌ থিনদা, শন্নাই পুমী য়াথিদা মতৈ-মকু থঙনদনা পান্নৈঙেনে" ।।২৬।।

য়াহন= কোম্নচকী ফত্রবা মঙম অসিদা অরেপ্পা পুক্নীং লৈনা লাইনীং পন্নয় চেৎচয়বা মীশিংদি লাইনি হায়বমক য়ারবনে। অদুনা মতম অদুগী মী-মমক্তা লাইরম তাঁনম থীবা অফবা মী লৈমদ্রোই। অপ্নগা-অমপা নুংশিনদনা পান্নগদবনি। মীগী মুপীবু পায়পনি। ফত্তবা থবক তৌনিংন্নকনি। য়ুম্বাল ফিরেপ থঙলক্লোই, অউ-অউ পায়কনি ইকাই-ইকি বাংমালাদা ফিশেং-চাকশেং নাত্তে চান্নোই। মশাগী লমচৎ থাদোক্তুনা মীগী মত্তৌ তম্নিংবনা ফিশেং মথোঙ চাদনা মশাগী লমচৎ কাউমন্নি। হৈতনা অহৈশা থঙদনা অথঙশা য়াঙাঙ-শাঙাঙ থীনা অশেং-অমাং থঙলোই। চানীং-থক্লীং ফংদনা, তুক্ষম-হীকম, থঙদবনা অচুম্বা অমত্তা ঙাঙসক্লোই। মীগী মতু থবক লেন্নপা কান্নন-তুম্নন তৌগনি। কামন তুমন পঙঙাঙ ডাং থকসী-থাগী থঙদনা ফিরেপ লৈবা ঙম্নরোইদবনে। পুকচেল লেপ্তবা মুপীমু য়ুম্বাল ফিরেপ লৈতবনা নীপা মথাঙ য়াম, মমী মত্তা পিদনা ময়ুম পান্ন-নপদবনে ।। ২৬ ।।

"কলি অশ্বা অসিদা অরা ইশো লাংদবদি মতীক ওমথৈ চাউএ। হে তাইযম ঙাগী নিংথৌ মেহক্রিও, তারম পথে নাইনা হায়রবনে। তোইগুম হয়েং কলি অকোনবা, নমু পোংলমচৎ মতীম হৌজিনকপবা চাঙ, ঐগা লমবোকরশে। তাইয়ম নওদি মুবাপালি লয়পাক হুংগাইবা চোয়নৌ সনা খুৎতুপ ৭ খোনথৎপাচীং, মালেম লম্নমযোন হুংগাইবদা পোকঙামও" হায়না। হায়রবদা মদাইরেম লেমৈ ঙাগী নিংথৌ মেহক্রি লৌশিংবনা খুৎকাং চাংজও ১০ মান। চেপ্পা লোমা পুক্নুমবদা খোইয়ম নামুংবদি চাঙ, মাগী মকয়েন, কোরও নোংলাপাম অবাংবদা কাখিয়ে হায়দবরা হে লিক্লাইও"। ২৭ ॥

বাহন= "কোন্নচকী ফত্রবা ওম হসিদা ফওব। ওবক্তা য়াওরদবা হুয়বদি অথোইবা মী হায়বনু ওইরবনি। হে ঙাগী নিংথৌ, ঐনা হায়খ্রিবা পুম্নমক অসি থাঙ্গৈশেংবনিকো। অদুনা হয়েং কোন্নচক অকোনবদা তাইবঙমীগী বায়ী হোৌরকপদা ঐগা অমুক উমসি। ইনাই নওদিনে, মুবাপালি লৈপাক হুংগাইবা, চোয়নৌ সনা খুত্থুপ ৭ বাংবা চীং, মালেমগী ময়ায় হুংগাইবদা পোক্লৃবো।" হায়না তাকপিরবদা মনাই ঙাগী নিংথৌনা মথুং ১০ লোমতুনা পুক্নমজরবদা লাই শিদবস্থু খোইয়ুম মাগী মরমদম নোংদোন অত্তিয়াদা কাখিয়ে, হে ইনিংথৌ ॥ ২৭ ॥

# অবিশুবা তাঙ্কক

লাইহন যুগ অহাম্বদগী খোংইয়ম কুরু মহাদেবগী কোন্নোয় মৈ.থংবু মদাইয়েম ওাগী নিংথৌ মেহন্দ্রি লৌশিংবনা সেবক মপারি খোয়োং লৌশিংবদা খোইমোম পাউতাংবখোনবু সমু থুশিন্নরে। খোয়োং লৌ-শিংবনা সেবক মপারি বরাহ লৌশিংদা সমু থুশিংথিএ। বরাহ অহৈবনা তাইবঙ নমু পোংওইবা, মাল্লেম চিংথেক ৪ মা, মায়কয় ৮ মা, শুংনাই ১৬ মা, শীখাই ৬ মাদা পুথা ময়েক চম্না চাইথোক্লম্বা মায়ম অরুবনে। নমু পোংওইবা পায়না লৌশিং খোংবও, উনবি পুক্নীং পিবা না-তাও। অশাইবৈগী লৈমায় ওাগী নিংথৌ মেহন্দ্রি লৌশিংবনা কলি মচীন হৌরকপদা মুনিপুর পোকৈ সনা লয়পাক্তা নিংথৌ মপূথী কৌনা পোক্লএ। লাইহন হায়রিচকতে যুগ অহানবদা 'পোইময় ময়তৈ' কৌদারিবৈদি "লাংবচকও" তোনা কৌএ। লাংবচক মথংগী লয়পাক মিংগী নাংথিবা "মুরাপালি লয়পাকও" কৌএ। মুরা পাল্লি মথংগী "ইরাংতম্মোন তাম্বোও ময়ুংকহই-লেমখোও মকৈপাক-পাও' তৌবা কৌএ। খাংতম মথং অমদি চীংওথোও পোইময়তোমা লয়ছুং মপুংয়ারগী মাল্লেম থুনকাওরকতৈদা "পোইময় ময়তৈও" তৌনা কৌএ ।। ১ ।।

বাহন— থায়না চক অহৌবদা লাইনিংথৌ লোংপোক অপাবনা হায়রবা বাবু ওাগী নিংথৌ মেহন্দ্রি লৌশিংচাউবনা মচা শিন্দম্বা খোয়োংলৌশিংলৈবদা শিন্নবী, মানা বরাহদা তাকখি। বরাহনা মালেম পুন্নমক্তা লাইনীক ওইনা ইশিন্দুনা মেহোকলম্বা অকুবা

বাকয়ি। বাখল লৈবা মী-শিংনা মুমা তাশিল্লু। মমাওৈঙগী ভাগী নিংথৌ যেহুন্দ্রিনা কোয়চক হৌরকপদা পোইরয় অসিদা নিংথৌ মপুথিবা কৌনা পোকখি। মমাওৈঙ হয়িচকতা লয়পাকসিগী মিং "পোইরয় মৈতৈ" কৌখ্রিবৈদা "লাংবচক" কৌরম্মী। মথংদা "মুয়াপাল্লি" কৌই। মথংদা "তাংখোঙময়ুংক্রুই-কে মখোঙ মকৈপ কপ" কৌই। মথংদা চীংখোঙ পোইরৈতেংমা থুংলোলরবদা "পোইরয় মরৈতে" কৌখি ।। ১ ।।

---

অশাইতৈঙগী নয়ুরা চীংখোঙ পোইরয়তোয়া মাল্লেম থুনকাওরম, "পোইরয়মনাপুং" দা নিংথৌ মপুথী কৌনা পোক্লবদা যোয়বু মশানৌ থোইমেংম য়াইবীলয়মাগা তাল্লোয় খজৌক্লমা পানমাময়বদা মমোম লয়মা য়োংনা কোনথাবী "শোবোম য়াইরেম চনু" বু ফুয়নমকএ। শোবোম য়াইরেন চনু মথংগী মমোম লৈরাং অতোমবী "সনাথোং-নাংলয়ম" বু কৌয়া শাংলকএ। মমোম পেম্মা ২ মামা অচাউ লেপকায়া অশাং ওমতয়বদা কোংহও দুমীংমাজা মপন মপুথী নিংথৌনা বাহমখিএ। "হে ইমোম পেম্মা, সানৌ নচী-ননাউবু ইপমগী অয়াং মুংবীলও, থাল্লে লওনামুং অচম্বা, শোবোল পল্লেময়ায়, চেংলৈ উমুং-তাদা হয়রেম কিয়ি চীংবু ওমরেন নাতেংনা থুঙান তাউম্মুমাও, থাল্লে লওনামুং অচম্বদা লাংলেল শোবোল বাতোম কোনবা, লোকলৌ লেংহানবা থৌরৈ নীংহুবা চেঙজা য়াকাকপবু সমু পাল্লোয়নমা থাল্লে লওতারও হায়না লোইদায় সাচীকোয় (শজিবু) থা, কোরও কুমীং শেংথোইবদা থাল্লে লওতাহনখিবনু"। ২ ।।

য়াহন— নহান পেহৈরয়তোয়া থুনথোক্লকখিবা "পোইরয়সনাপুং" দা নিংথোমপুথিবমা লাইমেন্থী য়াইবীলয়মগা পামখিমহুবা য়াম্না চেকশিনা য়োকচবী শোবোল য়াইরেল চনু পোক্লকই। অমুগী মথংদা মচা

অংতোনবী "সনথোংনাংলয়মা" পোক্লকই। অঙম্বা মচাম্বুপী ২ ম চাউবা মপুং ফায়রুবদা মপানা হায়খি। "ইমেন্মা ঙসিদি নচীম-ননাউ না ইপাগী ফগ্রবা লওফম, শোংবোল পল্লেলয়াম, চেংলৈ উন্নুংতা হায়বা হয়রেম কিরিচীং হায়বহু হেন্দোক্লগা লৈবা মুঙ্গাল তাউসুমাঙ হায়বা লওকমহুদা য়োংনা লও থম্মা য়াল্লুচো হায়না শজিবু থাগী অংবা নুংং অমদা লও য়ালহনখি ।। ২ ।।

---

মমোম ২ মাদি মপল কোল্লোয় মপাউনেনবু মোমম্লু তাংক্ক লৈরোংশা, সম্লাং কোনথোঙ লোম্মা পানম হেকমায়কা, রাইনৈ চংনদনা কোংলও লমদাইখিএ, সাবল লমত্তাকখিএ। মপলগী ংংলেল কোঙয়াঙ মরুকোন, থৌরৈ মীংমুম্বা তংনৌ য়াহাকংবু সমূ ংঙ স্নুনা থাল্লৈ লওকুমখিএ। লংমাই লওতাবদা, য়েয়বু তিঙ্কাং ফংনফেন, কে ঙয়াঙ থাঙতপ পায়, কোরঙ নোংয়োনা য়োংলৈ লোংথাঙকুপ, তে পাক লাম্লুশা, হারু নোংগফৌ রাহী কোক্তাইথি, পোঙ্গোর মতাশম, ংংং মরু তুপ, য়াংদৌ মময় শম, অশৈ খোমমাম্নমা য়োম্নময় তাউদনবু তেথাম্নখিএ। মাঙ্গেম লয়সা ওন, য়োংলৈ নোংথা-কুপ, তেপাক লাল্লুং খোক্লা থাল্লৈ লওতাম্নিভৈদা "তাউদনবা থাগী নহা শাফবাদ মুনীং রাংনা কা, থখী রাংনা হল্লক্লে" হায়না অশৈ খোমমান শক্লিভৈদা য়োম্নময়ায় লাইরেন তাউনবা; নোংপোক থাম্নীনহা শাফবনা না-তাম্নবগী কোমও নোংলোম অথাম্পদগী হম্নাউ মখৈ লৈতমা নীংথনখিএ ।। ৩ ।।

রাহন— অঙম্বা মচা মুপী ২ না মপাগী মাথং পুহুনা মশম-মমা কাজিন-পুন্সিহুনা য়াম্না লুনা-নাম্না রাম্নী চৌক্লা শামহুনা লম্বীদা থোক্লকই। মপানা পীবা য়োংপাক পাম্নহুনা নিঙোল পাঙ্গল ফুদোক্লা য়োংলৈ নোংথাঙ কুপ্না মুমীং কৌবা লাইগী মতৌক-ময়াইবু শৈথাহুনা লওরামখি অঙম্বা লচীন-মমাউমা লাও কমা য়াম্লিভৈদা মাখোম্না মুমীংপু শৈথাহুনা

য়াইরেন চন্থু মচীন-মনাউনা খুমজনকই। "হে ইবুংঙো খাগী নহা শান্থব-ও, ঐখোয়বু পোকপিবদি ইমানা য়াইবী লয়মা মুম.ম শাকবী অদুগা ইপানা সিংথো মপুথিবা কৌই। ঐখায়বু শক খঙহন্বগু লৈত্রি, কয়িগীদমক নিঙোলগী পলেম-পম্থোবু হংহিল্লিবনো" হায়না নিঙোলগী ওঙাঙলবী চিম্বালনা মেমেন নে.রা প.উথুজরদা ঙাউদগ্না মথাতানা হংবিরকই ॥ ৪ ॥

---

"হে মোমন্ চেংলও শকোয়হেৰী নপীংগাবু কে.ল্লোঃ নম্নিংথো বু কিকৌবনো" হায়না পাউহংববু শোবোন য়াইরেন চন্থুনা প.উথুমথিএ। "মোম্ ঐদি শোবোন য়াইরেন চন্থু লয়মা য়োংনা কোনথাবী ওেনা কৌএ। সানৌ সানমঙাইথিংতোন অতোনবী অসীদি সনা খোংনাং লয়মা কৌএ" হায়না অগুম পাওথুম্নবদা য়োয়ময়ায় চুমাইরেম সাফবগু নোংথিন পুংজা থোধা বায়েল্লিবনিগীনা, বাংলেল পুংজা হেনকদবগী নোঃচুপ ঙমথনেনা থেংমাং পাচঙ কুপৈরবা, মমাং মথং তাইবাংসু মাইতেবনা য়াঙোইথিরে হায়দবরা। হে লীক্লাইও। হয়েং কৌবা মনোংশোয়, শেয়রা তৈমা ওল্লবদা কোয়ও মোংনাংপানগী অনৌবা পাওমেন্থরকএ। "হে মোম্ শোবোন য়াইরেন চন্থুও, সনা খোংনাং লয়মা পামেম নতাকবীও, সানৌ নচী-ননাউনা কোয়ও নোংদামদা থবী মারেম মনালোয়না খাইরে লওতাথবু অরা চুইরাংশোন্দা, য়েম্বীতোমাহুই, (চোকথরকপা) সনা লাংজৈ চোক্তুথমা (কপলাকচোকপা)। কোয়ও নোংবুমাগী য়োংলৈ তেংপাক লাল্লুমপুম কয়াওবনো ॥ ৫ ॥

রাহন— "হবেম্মা শকহেন্বী মংখোয় অনিগী কোলোয় মিংলেনবু কমি কৌবগে" হায়না হংলবদা শোবোন য়াইরেন চন্থুনা খুমজনকই "ঐনা শোবোন য়াইরেন চন্থু লয়মা য়োংনা কোনথাবী কৌই, অদুগা ইমাউগীনা "সনা খোংনাং লয়মা" কৌই হায়না তাকচনবদা য়োয়ময়ায়

তাউদবদি মতম মাগী খোঙচত্ত মীৎকুপ অমা লেপথে, কপা য়াদনা মলেম্মদা মণ্ডাল য়েল্লিবা ও. খনিনা নোংচুপ লমথুং তাম্না য়োয়ময়ায় খোঙকাপ রায়খি। অশুম্না মথংগী মুমীত্তস্থু ওয়াংগুম্না চুংশি পউমেইখি-হৈবেম্মা শোবেল য়াইরেল চন্থু সন্না খোন ংলয়ম', মচৌন ননউনা নোংঙাম্বদগী মুমং তাবা ফাওবা কুতিগী লও য়াল্লিব অাসবু বাদবরা? অছুগা নোংমদম্মা য়োংলৈ কম্মা য়ামবা ওম্বগে? । ৫ ॥

---

হায়না পাউহংলকপবু শোবোল য়াইমেন চম্বু সানৌ মচ-মনাউনা মোয়, তাংজ ইকাইনা, ছইয়াই শেনগোইল্লাগীদমকপু তাঙজ মরুলুক, মাল্লেম খোঙথা ংথৈ য়েংনা পাউখুম ওমদাখিএ। তউদম্বা থাগী নহাশাকবস্থুং মতোম ত ঙজা ইক ইথোইনা লাঙ্গোই থুরুপ মাম্বল হও, নোংচুপ ওমথংমনা হন্দোইখিরে হয়দবরা। সানৌ মচী-ননাউস্থুং য়োয়ময়ায় মতাং তেন, অঙাম্বা খোকময় নেমখিরবদা মেংবা মল্লান-য়ায়বু তাম্না মোয় খাল্লৈ লও কারক্লবদা পঙ্খৌ মপা পোকমাবদা পাওমেনখিএ। হে ইপন পঙ্খৌ মিংথো পোকমাব-ও নমোম সানৌ ইচী-ইমাউনা পঙ্খৌ কোল্লোয় নয়াথংগী থাল্লৈ লও তাক্লবদা অরাং কোরও নোংলাংপানগী য়োয়ময়ায় তাউদনবা নিংথৌ থাগী নহাশাকবস্থু মাল্লেন লয়তারকএ। নমোম ইপীংঙাবু নপন কনানা শাংদা, পন্নেম কনানা য়েম্বনো, কোল্লোয় নমিংথোংস্থুং হন্নি কৌবনো হায়না পাউহংববু নমোম ঐনা পাউথুমখিএ" । ৬ ॥

রাহম— অশুম্না য়োয়ময়ায়গী মুংশিং পাউখোঙবু কোংব ওমজ্রবদা মুজ মচৌন-মনাউদি ইকাইবনা মরু লুক্না থাঙজখি। মুজা পউথুম ফংজ্রবদা তাউদনবাস্থু ইকাই কৌক্লনা শগোল চুপ্পী পায়থত্তুনা নোংচুপ ওমথৈ পাংখি। অশুম্না মুজ মচৌন-মনাউস্থু মুংখিল, মময় হইরক্লবদা মুমুমু মায়কৈ পাংলক্লনা মপানিংথোদা খোদোক পূম্নক তাংজখি।

''ইশা ইকুংঙো অপোকপা,, নমোম ইচীন ইনাউনা ইপাঙী য়াথং মতুং ইন্না লও য়াঙ্গরিঙৈদা নোংদোনথকপী চুমীৎ কৌবা লাই ভ.উদনবনা কুমথরক্লুমা পলেম-পম্বৌ কন্নাগী মচানো অহুগা মহথোয় অনিগী মিংনা কল্লি কৌবগে হায়না হংলক্লবদা ঐনা হায়রৈজে ।। ৬ ।।

---

''মিংথৌ থাগী মহাশাকব-ও, ইপন পম্বৌ পোকমাবদি নিংথৌ মপুথী কৌএ। পাল্লেম ইমা পোকমাবীদি য়োয়বু য়াহৈবী লয়মা মুয়াম শাকবীনা ফুয়এ। য়োয়ময়ায় নঙনা মেম্ন্ ইপীংঙাবু চেংলও শকথঙদনা রারম কল্লি লৈবগী পাউহংবনে.'' হায়না অঙম পাউথুমখিববু আনৌবা অসি কোরও চুমীৎ মস্থু কোরও নোংলাংপান অথাম্নদগী পাওমেম্বরকএ। ''হে মেম্ন্ চেলও শকোয়হেনবী ২ মা-ও, সামৌ নচৌ ননাউনা কোরও নোংজা খুদীংদা মাল্লেম মনাদোয়না থাল্লে লও তাববু অমা হঙরাংশোম য়েনবী ভোম্নাহৈই, সনা লাংজৈ চোক্তবরা। কোরও মেংজা খুদীংগী য়োংলৈ ভেংপাক মপূম কয়াশুবনো পাউহংথরকএ। নমোম ইপীংঙাদি পায়মা মুংফুমনা, য়াথং চৌল্লেঙমাম্থুং পাউথুম ঙমদে। হে পম্বৌও'' হায়না রাহমজন্নবদা মপন পম্বৌ নিংথৌ মপুথীনা পায়মা মপুক্ননদা নীংথনখিএ। ''লাহন খোইম নোংদম্বা. চীংঙ্ রায়েনচুম্বা, কোরও ইনোংথৌ, রাঙবম ইকাছা; খোইরম মহাদেব লাইবাথং অতেং-বনা হায়রম্ববু খোল্লকঙৈনে'' হায়না হয়াউ মথোই তোংখিএ ।। ৭ ।।

রাহন— ''হে থাগী নহা শাক্ষব-ও ঐখোয়বু পোকপা পল্লেম পম্বৌদি ইপানা নিংথৌ মপুথিবা, অদুগা ইমানা য়োয়বু য়াহৈবী লয়মা মুয়াম শাকবী কৌই। য়োয়মরায় নহাক্না ঐখোয়বু শকথঙ মায়থঙবম্ম মঙনা অহুক কুপা কল্লিগী হংবিরিবনো ? হায়না হংজরুববু মোংদোম অবাংবদগী অঙমা লাউথবিরকই — হে ইবেম্মা শকহেনবী ২ মক, নচীন-নম্নাউনা চুমিৎ খুদিংগী মোং ঙানবদগী মুমিৎ তাবা কাওবা লও

য়াল্লিবা অহুবু রাদবরা ? অহুগ। নোংমদনা য়োংহৈল কয়া য়ানবা ওনজবগে ? অহুদা এচা ঐখোয় অনীদি থুবা ওমক্রখিদে”। মচাগী রাসি তাংবদা মমাংহৈভ্রগী রাফম নিংশিংলক্তুনা-নোংপোকনিংথৌ ইবুঙোনা ভাকশীরম্বা রফম অহু শোয়দনা থোক্লম্বা তারে হয়না থম্মোইদা মুঙাইজখি ॥ ৭ ॥

---

"হে ইমোম পেম্মু ও, হয়েং কোয়ও নোংবুম্মাদি নপম ঐস্ুং চেংলও শক থঙহন্দনা থাক্লে লও থুম্লকে।" হায়না পাওমেন্নবদা কৌবা মনোংশোয়রবগা মপন মপুগী নিংথৌয়েনবু ভাইহ্নোয়নবা থাক্লে লও কুমথিএ। লংলাই লওত্তাখিববু মামোম অমাদি অশে থোমমায়মা, য়োংহৈ নোংথ ওকুপ, ভেংপাক লাম্লুশা, মাল্লেম লয়শা ওমা থাক্লে লওত্তারবদা, পাম্বৌ মপা পোকমাবা মিথৌ মপুথীনা লওরী শেন্দোইগ্রুংদা ইমুম রাউশং শোকত্তোওববু তাঙজ কোকথেংনমা কোয়ও নোংশা থাঙনা সান্তপলিহৈদা অশাইহৈগী য়োয়মযায় লাইরেন তাউদনব সুং নোংপোক মবাইতাগী থাগী নহা মচেৎলম, থাবা থেঙ্গেংলেম মুমীৎ খেনগারমগী; লাঙ্গোই শগোল অপাইবা সাবু ওইনা থোইরম মঙাইরেয়, চীওৎ মহীশাং, লংবা য়াথংলোয় ৯ মা, য়াথংলোন ৭ মা, থাকপরোন ৮ মা, তাউবরোম ৭ মা, মল্লেম লমথায়েংনগী হাঙজ লিল্লা নিংথৌ তোক্লেল ১০০০ পানবনা মুমীৎ হীরীওই ॥ ৮ ॥

রাহন= "অহুদি ইবেম্মা হয়েংদি ইপাম্বু লোমা লওদা কুম্লকে।" অশুমা মোং ও'ল্লবদা মপা-মচা লোয়ননা লও কুমথিহনা লংমাই হওদা মচৌন-মনাওনা থোংল্লেন অমত্ত ওইনা শৈথাহুদা য়োং কম্মা য়াল্লিহৈদা মপা নিংথৌ পুথিবদি লওমী কাচিন্দা য়েম্পারা কুপশিল্লগা ঙুংশা থাঙহনা লৈরিহৈদা য়োয়মস্লায় নাউরনহন্থু নোংপোক সনা চীংদোন্নগী মথৌ শিরা কায়রমা, শগোল অপাইবা তোংহনা লোয়নারা মরুপ-মপাংশিংনা খৌগব তৌহুনা ॥ ৮ ॥

থাম্বী ময়নোংখেংনা চৈরৈ ফিশেৎ ওই, লাইজ ঈশ্বীর ইন সনা তাওবল ওই, হুলাই চাক্লন শেম, হৌরী পাম্চি হৌ মংলং চয়রোইনা খয়গোল লেংতিম্নন। লেংলেঙ বংলাতোংগী উখে ক থাঙথোংঙাক, খিংলৌ মশোংচউ, লাইরেললাব মঙাক-নাইনা, কৌম উমগোয় মচেঙ লয়না খোম, মাম্বী লয়খোমপাং, কাওয়েম সন খোংঙনবু লয়ন, লাংজিনগে হায়মা খিংখিং মকারক্লে। নয়েন ময়ৈত লয়মা মংসাঙম্বী থাক্লে লংকোয হনগুম্না লরাই কোইরেংক মিরেন থাথালাক্লা নোংশারক্রবদা কোম্লোয় অমেঙবা, য়াথং অথুম্বনা প ওমেম্হবএ। "হে লোম্ম লেম্মা, শোবোম য় ইরেন চহু, সনা খোংনং লয়মা-ও, শানৌ নচী-নন উবু অয়াং কোরঙ ডুমীংমাগী মথৈবু, খে ইয়ম কেম্লোয় ইতিনমেনবু পাউথুম্বীদে। তাঙজা ইকাইথোক্লা ইদোম নীংত্তে হন্বায়ুডএ। কোমও অসি নোংজামদি তাওজ ইকাইগুমো। কে ম্লোয় ইতিনমেনবু পাউথূম্বীও ॥ ৯ ॥

য়াহন— নিংথিবা মৈঙাম্বা ফিশেৎ ওই; নোংদোন লৈচিম্না তাঙবল ওই; লিম্নি হম্বা মালংবনা খোঙলোয় ওইহ্না, ঙঙানবা শকক্মা কাহ্দ-কইদা লেঙথোক্লকপনা কোরও শীমা ঙাম্লকুনা নোংচুপ ওমথৈ ভানগে লেঙথোলক্রবদা খোয়থুম্রবা হুংশি মপাউনা পাখং চীনগোইনম্বই— "হে ইবেম্মা শোবোল য়াইরেম চম্ম, সনা খোংনাং লয়ম্না-ও, ঙরাংদি নচীন-নমাউনা ঐগী য়াবু পাউথুম পীবিথিদবনা ঐদি ইকাইবা নংনা হবৈদো। ওসিগী হুমিত্তি ইকাইবা থাদোকপীয়গা পাউথুম অমা পীবিয়ু ॥ ৯ ॥

---

"য়োম্নবু সানৌ নচৌ ননাউনা কোরও নোংবুমম.গী মালেম লয়সা ওনথবু তেংপাক মপূম "কম্নাওবনো" হায়না পাওমেনথম্নকপবু শোবোন য়াইরেন চহু সানৌ মচী-মনাউদি মোম্ন মাউরা অপিশাকিপীনা মাথং

পাউথুমদমগী তাওজা মক লুক্না শেমকোইরিবৈদা মপান পল্লৌ লিংথৌ মপুথৌনা য়াহনখিএ। "ইমোম পেম্মা-ও, মানৌ নচৌ-ননাউসুং কোলোর অমেত্তবনা পাউথুমথো। য়োম্ ঐখোয়গী তেংপাক লাম্লু মপুমদি কোমা পাউতাকচগে। য়োয়মমায় নত্তগী লাঙোই শগোল খোঙ্গুলহুম কয়াশুবনো হায়না পাউথুনও" অসুম পাউতাকখোনগী মখোম শৌবোল য়াইরেন চৎনা মপুনগী কোলোয় মপাউতাকপু পাউ-থুমজখিএ। "হোয় হে তাউদনবা, থাগী নহাশাকবও. য়োম্ নাউবা ইচৌ-ইমাউগী তেংপাক লাম্লু মপুমদি কোমা পাউতাকচগে। তাউদনবা নত্তসুং কোয়ও নোংদামদনা মোংচুপ ওমথংনা খোংনাং নাত্তৈননা ল্যাঙোই থুরুপ মামবনহও, ছুলাই সাথৌ খোইমা ওন্দেবদি লাঙোই শগোল খোঙ্গুল কয়াশুবনো" হায়না অসুম পাউথুম্নবদা য়োয়মমায় তাউদবানা য়াথলখিএ ।। ১০ ।।

য়াহন— নচৌন-মনাওনা নোংমদা য়াম্বা য়োংবৈ মশীং কয়া শুবগে?" অসুমা হংলক্রবদা হুজা মচৌন-মনাওদি অতাং ওইবনা থুবা ওমদবনা ইকাই-শেঙ্গোয়নমিতৈদা মপা মিংথৌনা তাকপীরকই— "ইবেম্মা, মচৌন মনাউসু ফজবা য়াহয়না অসুমা থুমখো—"মুজা ঐখোয়গী তেংপাক মশীংদি কেমা হায়জগে। মমিং শগোল খোওসুন্দুম কয়া শুবনো হায়মা থুম্বীখো' অসি হায়না হায়না তাকপীরবদা মুজানা থুমজখি— "হে তাউদবা নাউবা ঐখোয়গী তেংপাক মশীংদি কোমা হায়জগে। ইবুংঙোনা মুতি মুমিং থুদীংগী মোংচুপ ওমথৈ য়োনা শগোন থজা লেত্তবিবনু লাংগোই খেওঙুন কয়া শুখিবগে" হায়না থুম্নবদা তাউদম্বনা থনখি ।। ১০ ।।

---

"য়োম্ চেংলৌ শকোয় হেনবী ২ মা মসিদি মকোই পাউলী-শিংবু লৌমাতৈত্তানজ। খোইয়ম ইকাইখম, কোয়ও নোংলাংপান্দা

ইমু হক্লম শীম্না থোথানম্‌গ হৎন্না লাজোই থুরুপ মাখংনহঙ, সাটৈ মোমহ্যান মযুনা মালেম তম্পাক লমদা তারকএ হায়দনম:। অশাই-টৈগী মপান পদ্মৌ নিংথৌ মপুথী (মক্কাথী) বু চেংলও মীৎমীত্তা মীৎয়েং সানথেন্নমবগী থাক্লে লৎকেনমং, লওবী শেন্দোইয়া, লংঙ্গাই লওথনংদা কোমও মেংশা থুপ্পা, ইল্লুম কোকথোংননা সম্পঙাল্বু লাজোই থুদিনা, শগোল থুয়োননা নোংমমথরে। নিংথৌ মপুথীগী থবায় মিরাংপাম্না লাঙ্গোই মথুঙ্গীল লয়মাত্তোম্বা, থুয়া চায়থাঙলমগী লয়কু তাংথাকাও, লয়রাই তাংথাসন, চেগপ ২ তুবা, থৎলাই ২ লোইবা, বায়থু থৎয়াম্বীচাবু সানমোনখিএ। শৌবোন ম্যাক্টেন চয় সানৌ মচী-মমাউবা থবায় মিয়েন পাই, পায়মা হুংহুমনা মায়েম লয়দা ওম্না মীকপখিএ ।। ১১ ।।

ৱাহন= হুজা শকহেনবী অমীসিদি য়াম্না হৈ-শিংঙি। অহুনা নোংদোল লাইরমেল ইমালয়ায়দা পানামমগে হায়না শগোল য়াঙনা থওহুনা কুমথরকপদা ঙশাইমথৈ লওবী কাচিন্দা য়েম্পাক তুপ্পুনা হুংশা খাঙহুনা লৈরিবা নিংথৌ মপুথীবা অহুবু উদ্দবদগী শগোলনা নেংথাহনা শিয়ে। মপা মপুথীবগী থবায়না যাইথু ওন্দুনা চংশ্রবদা হুজা মচৌন মনাওদি পাথৎখিহনা ওম থোইমা কপচখি ।১১ ॥

---

"হে পদ্মৌও করিরাবো। নমোম ইপীংঙাদি চীঙ লাইথক থী, বাংবন কছ. চাউথীবু কয়ম ওইশিনবো। ইপন নঙবু লৈতরবদি নমোম ইনাইংঙাবু কনানা নাউয়োকপীগবনে।" হায়দা সমু খোঙবু থীম্না রাহমখিএ। "হে ত উদনবা খাগী নহা শাকবও, পদ্মৌ পোকথাবনা মোয়মরায় নঙবু লওজ করি লৈবগী লাঙ্গোই নথুনেংবা করম মোংমলহল্লবনো কল্লকএ। নমোম ইচী-ইনাউম্ভুং ইপন নঙগী হুয়না নতুংইন, মনা নময় বায়না য়োংমল্লগে হায়না সমু থুংশয়বা লাইজ ঈমেনপুংদা মোমু শানৌ

নচী-মনাউবু সমু পাম্লোইনমা লাইজ ঈপাকথক্তা কুমগে থোঞ্জাবদা নিংথৌ থ,গী মহা শাকবদা মায়া খোঞ্জেন লাউনা কোয়গও ম্লোংথাবা খোনগুমা থৌখাবখিএ। "য়োয়বুনাই পেম্মাও, অমা, লাউব নম্লংতাবু শীংলেন পঙনা নোংমনহীগুনে। চেংলও মীংকুপ মরমদা তাইবশীও। নপম অমবু ১ মক য়োয়য়োয়হনগে" হায়না মমাম নিংথৌ মপুথীবু য়োয়ময়ায় লাইবেন অঙানবা মরুনা ১ মক থরায় য়োয়য়োয়হল্লবদা মরোম ২ মাসুং শিবেম থকমাতবু চম্মংলে হায়দবরা ।। ১২ ।।

রাহুম= হুপা ইবুঙো কম্মিংতোনো তৌরিবা অসিবু। মচা অনীবু লাইবক থীবী ওইনা কয়মা লেলহৌরো হ,রুম্মিখনো। ইপা লৈত্রবদা ঐখোয়বু কনাদা শিন্নবিন্নগকৌরিবনো। অগুমা তিরোক চোংথগুম কপচমগা তাউদনবদী মকমদা রাকৎচখি—"হে তাউদনবা, নিঙোল ঐখোয়গী ইপানা য়োয়ময়ায় মফমদা কমি লানখিতুনা ইপাবু হাত্তোকপিরিবনো। ইপাগী মতুং ইন্দুনা ঐখোয়সু শিন্নগে" অসুমহায়মা চুজা মচীন মনাওনা থুংশন্নমা ঈজিংদা চোংথ-তুনা শিজরগে তৌম্নবদা তাউদনবনা লাউরকই- "হে ইবেম্মা নিংথৌকোম্ম পোকপি ও, চুজা নচীম-মনাও অবেঘদা মাঙব য়ালে। মীকুপ অমত্তা তাইমথে। মপা নিংথৌবু হিংহনগে' হ.য়না মকু নিংথৌবু অমুক হিংহল্লবদা মচা ২ গু কপ্পা তোকচখি ।। ১২ ।।

য়োয়ময়ায় তাউদনবমা কোম্লোয় অংঙবা, য়াথং অথুম্বনা পাও-যেনখিএ। ইমানও নগবু মাক্লৌবেম ঐনা চেংলও মীংথীং য়োম্নবগী নিংথৌ নতীক থঙদরে। লাকোই ইথুনেংমা লান্নংহল্লে। ইমান পাম্নমা মপুরুংদা রাওইবীগুনো। মমোম সমম তাইখিংতোন অতোম্বী অসীবু পাম্নমা ঐগী লুংজঙবা, তিল্লাং থেংম্নদ্বারীবু ওইরে। অরাং কেনও নোংলাংপান্দা ইমু নরুক কওতমন্নম রাঙবন থৌখামমগে।

ইমানা চীনগোয় নত্তিনমেনবু থাবীও। মাক্লৌয়েম ঐন্দুং নিংথৌ থাগী মহা শাকবা, কে রও মুমীংমানা চাউগবয়. চাউদবা, লোইদাম থাবুম্মাদা শাগবয়া শাংদবা, লাইয়েম তাউদনবা. সনা খোম্মদোন অতোনবনে।" অগুম পাওমেয়বদা নিংথৌ মপুথৌনা রাহমখিএ। "য়োয়বয় য় অঙানবা ময়ও, নমাম ঐনা কয়ি রাওইঙাইবু লৈতে। ইমোম সনম তাইথিংতেন অতোনবীবু পামুক্লোইএ। খোইয়ম নওতোন্দা কাওজনরগে। কোয়ও নোংমদোন্দা থৌহগুম লেপমম্না, চেত্তাহুগুম্বু খিনমাম্নও" হায়না অগুম রাহম্নবদা নিংথৌ থাগী মহাশাকবনা পাওমেনখিএ ॥ ১৩ ॥

রাহন— তাউদনবনা মুংশিনা তাকপিয়কই— "ইকু ইবুংঙো, নমাক্লা উজহৌদবদগী ঐগী শগোল সাদোংনা শোকখিজুনা থয়; রাখিববু য়ারৌবিগমু। অহুমা নচাইবেম্মা অতোপ্পী অসিদি ঐমা য়াম্না মুংশিজবীনি। অহুনা মাবু ঐমা কোয়ও নোংদোমথক্তা লৈমিয়চক্লমগে। ইকুগী য়াথং অমা পীবীয়ু। নথাক ঐদি মুমিং সনা খোম্মদোন তাউদনবনি" অসি হায়না তাক্লবদা নিংথৌ মপুথৌবনা হায়রকই— তাউদনব-ও, নকু ঐনা করিগু শাউরনিঙাই লৈতে। ইচা অতোনবীবুম্নু করিগু পামুম্নিঙই ওইদে। অহুনা খোইয়ুম নফমদা কখোচয়বনি। অহুনা নোংদোম নকাইকমদা লেঙদবা হুগুম লৈমিয়রমো" হায়রক্লবদা থাগী মহা শাকবনা হায়রকই। ১৩ ॥

---

"মাক্লৌয়েম ঐবু কোয়ও নোংলাংপান অরাংবদা ইদোম খোথাববু চেংলও মীংকুপময়মদা লেংশিনকদবদগী তাইবও নোংশাপানগী ইমাম সনা নখোওথাদা তাক্লোয় তুয়ীন ওয়োই। কোয়ও অসি মুমীং মাগী মখৈ খোইয়ম ইয়াকচিন্দা য়াদোইমম্থিদুগে। ইমান চীনগোয় নত্তিনমেনবু লনওবিও" হায়না খোইয়ম চীনগোয় অম্মেংবনা অগুম রাহম্নবদা, মমান কোয়োয় নত্তিনমেনবু নিংথৌ য়াথং থ;মবদা তউদনবা থাগী মহাশাকবগা

মশানৌ সনা থোংনাং লয়মগী লাঙ্গোই সয়াঙথক্তা চুমীৎ মঙান নাইনা
কোয়ও নোঙ্গথিরে হায়দবরা। অথাং কোয়ও নোংমদোন্দা কোয়ও
অথাং নিংথৌ চহি খোইয়ম চুমীৎলরম কৌবা য়াজে ইথিরে হায়দবরা।
হে খোইয়ম নাম্বুংবও, য়োয়মরায় লাইরেন তাউদবনা মশানৌ য়োয়বু
কোয়ও চুমীৎলরমগী দমকপু বাংলেন পুংজা খেন্দোংবাবু লপা মমান নিংথৌ
মপুম্বীগা পাওমেৎনরএ অহানাংগীবু কোয়ও চুমীৎহুংহ ও তৌনা
কৌএ হায়দবরা ।। ১৩ ।।

রাহন = নরাক ঐদি নোংদোন থক্তা ইদোম ইথো চৈঙবা
ওংবগী পোথবা ফংজনবনা মীরমজেন্দা ইকুপী নাক্তা য়াবোও ইনবগী
ওয়েইদৌরি। ওসিঙ্গী চুমিৎ অসিদগী লাইগী ইকইকমদা নমোম্বু
পুজপ্রগে হায়ববু ইকুপী খোজাল ওমথদি পীনবিয়ু" অমসু হায়রক্লদা
মকু নিংথৌনা য়াবিহুনা য়াথংথারবদা তাউদন্বনা মশানৌ সনা খোংনাং
লয়মাগা লোয়ননা শগে লথক্তা তোংহুনা নোংদোন মায়কৈ পাংথি।
নোংদোন লাইরয়পাক্তা চুমৎ লয়মা হায়না মিং ওন্দুনা পামথি।
অমুক্তা তাউদন্বনা মশানৌ চুমিৎলরমগী দমক্তা মিংকুপ অমতং মকু
নিংথৌ মপুম্বীবগা বায়ী ওহাক সানথিবা মতম অহুবু চুমিৎ য়ুংবা
হায়না থওনাথি ।। ১৪ ।।

---

নিংথৌ মপুম্বীসুং অমাং থাওরায় নোংসাথম, থাৎলে লওনামুংবু
মমদ। হনা মখোম লাংলেন কোঙরাঙ বাপীহনগা খিংলও নীংবা-তেনা
মমান ইমগারকএ। নিংথৌ শঙ্গায় মকোয়োয়দা বাইথুংলদগা য়েয়বু
মশানৌ সুয়াম শাকবীনা পাউহং ঙামএ। "নিংথৌ ইশাবীও মখোম
লৈমাং অতোম্বীবু মমাল ওন্দেরক্কে কদায়নো" হায়না পাউহংঙাববু
"হে য়দা শানৌ য়োয়বুনাইও, ইখোম লৈমাং অতোনবৈ, সনা খোংনাং
লয়মদি য়োয়মরায় তাউদনবা নোংপোক থাগী মহা শাকবনা অমাং

কেৎরও নোংলাংপান্দা ইমু ফম্মম শীনমমগে হায়না খোইরম হ্রুবীংলেন্দ্রদা কৌবা কোয়ও নোংকাখিরে” হায়না অগুন পাওমেল্লবদা পল্লেম মমা পোকমাবীনা মাল্লেম লয়দা ওমা মীকপখিএ হায়দ্রবরা। য়োয়বু পিরেম মমাঙহওয়বগী মশাবী নিংথৌ মপুথীনা হাইমখিএ। শানৌ য়োয়বু লাইরৈমাও হেকতাই মপাউচাউনা ম ওইরগনে” ॥ ১৫ ॥

বাহন— নিংথৌ মপুথীবসু অরাংলোমগী লোংশাখম হায়বা লও-ফমদগী মচানিঙোল অহনবা লোয়ননা মমুম মায়কৈ পাংলকই। অগুনা নিংথৌ মশাইগোন থৌমক্লবদা মশানৌ লয়মা মুয়াম শাকখীনা “ইবুংঙো নচা অতোনবীদি য়াওমক্তবু কদাইদা লৈহৌরগে ?” হায়না হংজক্লবদা নিংথৌনা হায় “হে শানৌ লয়মা; ইচা অতোম্বী সনাথোংনং লয়মদি ভ্রুমিং তাউদনবা থাগী মহা শাকখনা লোংলেনথক্তা ইচাগী মিংবু ভ্রুমিংলয়মা হায়না খোন্দুনা য়ুমপাম মিমরুরগে হায়ন পুখ্রে” হায়না তম্মবদা পোকচবী মমাদি ওক্ন-হোইন মপাংথ চঙ্ক্না চৌ উবদা নিংথৌনা তপ্না হায়রকই ইশানৌ নত্তবু তংথখো, কম্থুনা কামবরোই ॥ ১৫ ॥

---

“মথোয় লাংলেন কোওয়াও বাপীহন শোংদেন য়াইখন চংখু অমীসুং নিংথৌ ইমাম্বা তাইবঙ মমু পোংবাচাদাক ওজ নহরোইএ। খোইরম নামুংবা গুরু মহাদেব শিদবদা কাওজনঙেনে” হায়ন পাওমেল্লবদা মশামৌ লাইরেম্মসুং পিরেম থকমাত্তাববু চয়রংলে হায়দবরা। মপন ২ মানা মথোয় লাংলেন বাপীহনবু ভ্রুমায় হুংলাং-পান্দা কংলয় য়াথোকহন্দনা বাউয়োকখিএ। হায়েং লোইদাম মঙ্গং ওচ, লাংহৈ কুমশীং ৩ গুমবগা খোইরম নামুংবা, নোংপোক মহাদেব, চৌংঙ লাই পাখং অতোংবনা কোওয়াও চয়ত্ত পানওইমা চক্র খুত্তা-খুনা নমসা পাক্তৈবনা, কুশায় (গোসাই) লথোইববু ওইনা শাগোল্লকএ।

মুৱা পল্লি লয়পাক খুংঙাইবা, নিংথৌ মপুথৌগী সনা য়েংন্নবোনুং, লাংশঙ শঙলাংচান্দা রাইথুংলুরে। নিংথৌ মদাইরেম কৈনা থোঙথৈ শঙবা হুরব, ভাইন্দ্র থোঙথৈগী লাঁচয় ভোরান স্মুরন; নিংথৌ সনা মথোঙখাদা য়াকচেখিএ ॥ ১৬ ॥

রাহুন— "নচা অহল শৌবোল রাইরেল চম্ন অসিন্দু ভাইহংও মীগী নিংথৌদা ময়ুম পাল্লোইংঙৌরিবনি। মতীকচ উবা লাই নোং-পোকনিংথৌনা থাজগদৌরিবনি" হায়না খঙহল্লবদা ঃশাম্নৌ লয়মা থরখং পোথজখ। অশুমা পলেম-পম্নৌ অসিমা মচ অহনবু লৈকাই পম্বাল লালহন্দনা চেকশিন্না থমজখি। অশুম চহী ৫ ভাক-শেন্দুনা থমচরবদা নোংমদি মতৌবচাউব লাই নোংপোকনিংথৌনা লম্বোইবা মীগী শক্লুম ওইনা চৎশু অমা পায়রকুনা নিংথৌ মপুথৌবগী কোম্বংদা চঙলক্লবদা থোঙশুঙবশংনা চিংথৌদা হজচ্চখি ॥ ১৬ ॥

"ঐবু লোইবা ইবুংঙো ভাও। নিংথৌ মঙগী লাংশঙ শঙলাং-চান্দ কুসপ্ন লম্বোইবা অমবু রাইথুংলরে"। অসুম পাউ ভাক্লবদা নিংথৌ পুক্নীং হয়াউথোক্তন পাওমেনখিএ। ভাইয়ম নাইকা থোথৈ-ভাকপা ও' কুসায় লম্বোইবা অহুবু মীময়পাক নিংথৌনায়া করম্বদগী ময়াল লম্বোইরকপনো। রাময় কয়ি লৈবগী সনাজৈয়য়পাকপু ইন্দা-ল্লকপনো পাউহংলুও" হায়না থৌশীখিয়বদা মদাইরেম কৈদা থোঙথৈখেম্না অচেম থোঙলয় য়াওনা পাউহংখিএ। "হে কুসায় লম্বোইবা-ও, ঐবু লোইবা ইবুংঙো নিংথৌ মাল্লেম লয়কোয় কন্থনা ঐবু থৌগীরকএ। লম্বোই থোইয়ম লাইওইনবা মঙবু মীময়পাক্ন নিংথৌ পানবা করম্বদগী বৈয়াগী (বৈয়াজ) লমপোইরকপনো। কোম্মোয় মমিথেংস্নুং কয়ি কৌবনো? রাময় ময়ি লৈবগী নিংথৌ সনা জৈময়-পাক্তা লায়কপনো হায়না অতম পাউহংলকএ।" হায়বদা ॥ ১৭ ॥

ব্রাহ্মন= ইনিংথৌ ইবুংঙো তাখিয়ু। সনা কোম্বুং অসিদা লম্বোইবা অমা থুংলরে" হায়না হঙ্গচ্ছরবদা হয়াউ মথৈ লৈত্তনা তাকপিরকই। হে ইমাই খোঙশঙবা, করম্না লৈবাক্কী করিগীদমক লাকপনো হংলুচো" হায়না তাকপীরবদা কৈদা খোঙশঙবনা থুন-খাঙনা চংথিহুনা হংজরকই—"হে লম্বোইবা, গোশাইবু করম্না লয়পাক্কী কারিগীদমক লাকপনো, অহুগা লম্বোইবনী মিংনা কমি কৌবনো হায়না হংজরকই" হায়রবদা। ।। ১৭ ।।

---

"হোয় হে নিংথৌ মদাইরেম কৈদা নাইকা খোথে ওাকপ-ও, বৈরাগী ঐদি মহা মেকু থুন্দগী মহাদেব গুণ মত্তাক অরুংদগী কুসায় লম্বোইবনে। কোল্লোয় ইমিংথোংদি মহা মেকু কৌএ।" হায়না পাউথুম্নবদা কৈদা খে ওশঙ হঙবদি নিংথৌ সনা মখোঙ খাদা বাকচ্ছখিএ। "নিংথৌ মাল্লেম লয়কোয় ফম্বা ইবুংঙো তাংও। নদাইরেম ঐনা নিংথৌ কোল্লোয় নত্তিনমেমগী পাউহংলুববু পাওন মেকু থুন্দগী কুসায় লম্বোইবনে। কোল্লোয় ইমিংথোংদি মহামেকু ও কৌএ" হায়না বাকৎনবদা "তাইয়নশিংও, কুসায় লম্বোইবা অসিবু কোল্লোয় মমিং থোংবু ওম্বোকএ। খোইয়ম কুরু (গুরু) মহাদেববু নরিগংমা থঙদে। কুরু সনা থুয়াংবেনবু হন্দালুশে" হায়না নিংথৌ সনা মখোঙ হওনা চেংলও শকউনরবদা থুংকাং চাংজও ১০ মানা চেপ্প-লেংম পাউহংজখিএ। "হে কুসায় লম্বোইবা-ও, বৈরাগী কোল্লোয় নমিংথোংবু লৈওল্লে। মীয়রপাক নিংথৌপানবা করম্বংগী কুসায় লম্বোইবনো। নদাইরেম ঐহোন্দা বাবম কমি লৈবগী লারকপনো ।। ১৮ ।।

ব্রাহ্মন— "হোয় হোয়, হে নিংথৌগী মনাই খোংশঙব-ও, ঐদি মহা মেকু থুন্দগী অথোইবা লাই হত্তীকচাউবা লম্বোইবনি। ইমিংনা মহা মেকু কৌই" হায়না থুম্নবদা খোঙশঙবনা নিংথৌদা হন্দচ্ছখি—

"ইনিংথো ইবুংঙো তাবীয়ু, মনাই ঐনা ইনিংথোগী য়াথং পুদুনা লম্বোইবদা হ জরুদবু পাওন মেকু থুন্দগী লম্বোইর্নি. ইমিংনা "মহা মেকু" কৌই হায়ুরকই হায়না হঙ্গচ্চরবদা নিংথৌনা হায়রকই— "ইনাইশা, লম্বোইবা অসিগী মিং অসিদি ওম্বোকপনি। নোংপোক অথোইবা লাইচুম ওইবীগত্রা থংদে। গুরুগী ন ক্না হক্তা চংলাস" হায়বা নিংথৌনা সনা খোঙ লঙলকুনা থং লে প্রহুনা হঙ্গচ্চরুকই। "হে লম্বোইবংও, লাইনীংথগী মিংফম অসিবু ওম্বোকপা ওইনা তাজার। করম্বা লয়ব ক্তগী ওইবিরবনে? মনাই ঐগী ইফমদা করি তাকপীগে লেঙথিরকপনো? ।। ১৮ ।।

---

হ হনা পাউহংজরুদা খোইরম নাম্বুংবনা "হায়দা হে নিংথৌ মপুঙৌও, মহা মেকু হুরয়পকপু নমদা হুম্না নিংথৌ নম্নপাকপু ছুন্দ্রকপদি হারম করি লৈতে। নিংথৌ সনা নম্নয়পাক অসীবু খোইয়ম কন্নরেন অহায়, চীংও লাইকোল হুংঙাবা মুবাপালি লমপাক, চোয়নৌ সমা থুদুপ ৭ না থাখৎপা পুওনে হায়ববু ন তারবগী ইন্দাল্লুকপনে" হ য়না অওম প উথুম্ববু না ক্নাহ্নবদা নিংথৌ মপুথৌনা খোজাল ম ঙওইননা বৈরাগী মথমচৎপু খোইয়ম লাইশঙ্শ, ১০ মচীনচাকপু হাংহন্দনা নাউয়োকপীরে হায়দবরা। নিংথৌ পায়মা উনগে য়ম্নুংদা নীংথনখি। বৈরাগী মতীক থওগে হায়বগী হায়েং কোরও নোংবুম ৫ মি শু বনা মমোম শোংবোম য়াইরেন চহুদা হাপ্পথিএ। "হে ইমোম পেম্মা লাংজেন হাপ্পীহনও, নশামৌ লৈরাং অতোবীস্নুং নিংথৌ থাগী নহা শাকবগা কোরও নোংলাংপান্দা পানয়মথিএ। ইমোম মওস্নুং নপল ঐগী খোইয়ম লাই ওইনবা কুসার লম্বোইবদা কাওজনগে। নপন কোমোম ইতিনমেনবু হেংথোক্নবো ।। ১৯ ।।

রাহুল— হায়না হনজ্জেবদা লাই অথোইবনা তাবপিরকই। "হে নিংথৌ মপৃথীব, মহা মেরু ইরমদম থাদোক্তুনা চুমা অশুম নয়য়- পাক্তা লাকপনি, কহিন্সু থোইদোকপা নৈতে। নিংথৌ নঙগী নয়য়পাক মুরাপল্লি অসি অথোইবা লাইকম্নি হায়না তাঘদগী লাকপনি।" পাউখুম অসি তারবদা নিংথৌনা য়ামা হয়াউমা চাইনিঙবগী হওনবী লাইশঙ তোপ্প শাত্থুনা অচা-অথক রাংহন্দনা থমজখি। নিংথৌনা লম্বোইবগী ফীগয় থঙগে নীংলক্রুদনা মমিং শাংবুম ৫নি শুংগ্রক্রবদা নোংমদি মচা ইবেম্মা শোরোন য়াইমেল চনুদা তাকপীরকই "ইপাগী ইবেম্ম চমৈহল, নমাউ অতে স্বৈস্থ থাগী মহা শ্যফবপ নৌ দোংক্তা পানম্মিরখে। ইচাস্থ ইপাদা লানীংবা অসিদা থাজগে থম্মি তাহুনা ইপাগী য়াথং শেংয়হনবা য়াদেকৌ ॥ ১৯॥

হায়না রাহয়বদা মমোম লাংলেন রাপীহনা রাকমখিএ। "হে ইপনও, নমোম ঐদি তাইবঙ নমু মীমামদবা কুনম লম্বোইবদা কমন য়াংগোইগবনো" হায়না অশুম রাহজববু মপম: "হে ইমোম পম্ম-ও হায়গুনো। মপন ঐগী কোম্লোয় ইত্তিনমেনবু মাল্লেম লয়ভাবীগুনে। নমূপোংনে, থোইয়ম লাইনে হায়ববু তাঙনা থঙনবা লাই সনা মথোঙথাদা য়াংগোইও।" হায়না অশুম পাউথম্মবদা থোইয়ুম কুসায় সনা মথোঙথাদা মমোম লাংলেন রাপীহনবু সমু থুংশয়না মাল্লেম লয়দা পক, চৈচৈ ওক্তা য়েংমা পুরুমজখিএ। "হে কুসায় লম্বোইব-ও, মদাইমেম ঐগী ইমোম লাংলেন কোঙয়াঙ রাপীহন অসিবু তাইয়ম নমাই ওইবীও" হায়না রাকচববু থোইয়ম মামুংবা, কুসায় লম্বোইবনা পাওমেনখিএ। "হে নিংথৌ য়াইফবা-ও কাম্লোয় মত্তিমমেন, নিংথৌ নথোজামবু উনবি পুক্লীংপিনা হয়াউথোইয়ে। তৌইকুম কুসায় লম্বোইবা ইথোয়দি মোম, মাক্তা থাহৈদে। চেংলও মীং শোক্রহৈদে। শমু হকচাং শোম্লকমোইএ। থোইয়ম লাইবু মীংথমে। নিংথৌ

নংশৌবানসু উনবি পুক্নীং লেপ্প, লনগুমব্রবদি তাল্লেয় মশুংমাগুম সেবা পোগঙগে ॥ ২০ ॥

রাহুন= হায়না তাকপিরবদা মচানা হায়চখি 'ইপা ইবুংঙো, নচানু মী পুম্নমক ইশুং ইমাগবন্সু নত্তবা লম্বোইবদবু করম্না থাজবিগে হায়রিবনো ?" হায়না হঙ্গচ্চরুববু মপানা তাকপিখি —"ইপাগী ইবেম্মা, অদু হায়বগনু। ইপানা হায়রব অসি কচ য়াবা তৌগনু। অদুনা নঙনা থাল্লিব রাখল চহু অশেংবা খঙবগা লম্বোইবা অদুগী মফমদা ইপাগা লোয়ননা চত্তুনা য়েংলুশি" হায়না মপা-মচা লাকমিন্নদুনা অসে ইবগী মথে ঙথাদা থুরুমজাখি। "হে লাইনীংথৌ, ননাই ঐগী লাংলেন ইচা চৈরেন্বম অসি লম্বোইবগী মনাই ওইনা অমুক্ত সোনশিন্নিবা" অসি হায়না হঙ্গচ্চববু— হে নিংথৌ য়াইফবা; নিংথৌগী হাকচং অদুদি য়াম্মদি মুঙ ওইতে, অদুবু লম্বোইবা হায়বা ঐথোয়দি মমং পাংবা হায়বহুদি য়া বমি। অদুবু নিংথৌগী পুক্নীংনা অহেন্না ওইবিরবদি থৌরম অদু পাঙথোকচগে ॥ ২০ ॥

---

হায়না পাওমেল্লবদা নিংথৌ মপুথৌনা মাগী থুত্তপা, মুকমু লৈতোন কোম্না পুরুম্লবগা মযোনগীদংকপু অমং অহৈন, নয়কন সল্লংগা, মনশেন নাউমোয় অপকমা পুম্নমাবু লনগুন্নবদা খেংইমোম লা ইরয়না লৈরেংল লয়না কাংচাইবী চোয়মৌ সনা পোকমাবী লাংগোই শগোল-শামু পোকপী খোইমোম লাইরয়না তাদোঙ লম্মাইহনবী কংলৈ মশুনাঙ, ইমথৈ য়াইকোমংং থুংঙাইহনা মমোম লাংলেন রাপীহনগা, খোইরম কুসায় লম্বোইবগা য়াংগোইহল্লরবগা মপন নিংথৌ মপুথৌদি শঙগায় মকেংলোয়বু তমা হমরাম্নক্রে হায়বা। অশাইহৈগী লয়না মশামৌ শৌবোল য়াইরেম চন্নুনা খুৎকাং চাংজৌ ১০ মাবু চেপ্প লোম্না রাহমজখিএ। "হে খোইরম বৈরাগী কোরও ইনোংথৌও, মদাইরেম ঐনা চীংগু

লেবা লৈখিনবু থাক্লবা অসীবু ইরাও" হায়না সনা কাংথোন থক্তা ক্যাং খোনজেক থা' কাকং মক্নোন তে, চৈরৈ য়াকুতেনা শানলেমে। মোল্লাং তপ্তাইথক্তা য়াতাবী-ও" হায়না অশুম পুক্নজবদা খোইরম নামুংবনা বাহনথিএ ॥ ২১ ॥

বাহন— অসি হায়না থগৎলবদা নিংথৌনা হনাউনা থুরুম্জদুনা মুচাগীদমক্তা মীনাই-মীশন, শগোল-শামু করাংকুম তরোক-কাউনা তমদুনা, লাইরেম্বী শগোল-শামু; সনা-লুপাগী মখেন্না ক্যাংচাইবীগী য়ুংফমদা মখোম লাংলেনগা লাইমীংবগা অমিবু থগৎনবগী নিংথৌদি শন শঙ্গায়দা হল্লিনথি। অমুক্না শোবোল য়াইরেল চহুমা লমে ইবদা হঙ্গচ্চথি—"হে ইবুংঙো লম্বোইবা, ননাই ঐনা ইবুংঙোগীদমক্তা থৌরাঙজরিবা অসিদা লেঙশিনবীয়ু, কাংথোল মথক্তা ফি-মোল নাংথিজদা থাহুনা লেমজরে।" হায়জরুববু মতীক চাউবা লাইনা তাকপীরকই ॥ ২১।

"হে মোইরম্ লয়মা নীংথিবীও। কুমায় লম্বোইবা ঐখোয় য়ুদি চৈরৈ য়াকুম্লুংদা য়াতাইহেদে। বৈরাগী ঈরমচিং ক ওরেন সম উংথোগা, তুরেন চংলে লয়ঙোইগা ২ মাবু লাইজ খীকফেল চাইনা মাংলেম লয়মায় তরবীও। চংবী লারাক মাবু চৈরৈ ফিথা ওইনা ফনফমবদুম বৈরাগী ঈরমচংলে" হায়না বাহমবদা লয়মা শোবোলবাইরেল চদুনা কাওরেন সম উথোগা, তুরেন চংলে লয়ঙোরগা ২ মাবু লাইজ খীকফেল চাই মাংলেম লমায় তয়না চংবী লারাক থারবগা খোইরম মহাদেব মামুংবনা চংবী লয়াকথক্তা পাখোম তাইথাঙলনা য়াতাখিএ। খোইরম মহাকসাং মাংলেম লয়মায় থংবা চীংগু মথায় পাংমোনা খোম্লেন তুমগনখিএ। মমু মহাকসাং কোরও নেংলোন থংবা খে ইয়ম সাথাই পাংবনা মাংলেম চেথেক ৪ মা, মায়কয় ৮ মা, গুংদাই ১৬ মা শীংথাই ৬১ মাদা তাইবও থরায় পাখা পূমবাগী য়ুবা খেলেন তানা

ব্রাহ্মন= হে ইমাইশিং, হয়েংদি অরাংলোমদা হুত্তুমা থুম্বী চয়হও-চোংদা, চীখোঙ পোইরৈত্তোমা য়োংকী চয়স্তু মুংলম্বা মফম তাংথুন ছুইচানিংথৌনা ইতমভুরেন্দা শোায় চারম্বা মফম, শাইমোংলও কৌবা পাম্লোদা, কৌরারাং লাইকোকস্তু কৌবা নিংথৌনা লান্দাফম, য়োংময়ায় তানথায়ফম লমলেল ইতম লোকচন্দা সা·তংল্লুসি।” হায়না তকপি-রবদা লম্বোইবদস্তু অমুক—“হে লাইনীংবা, হয়েংদি লম্পাকী অকন-অথৌশিং, সা-তানবা চংকদৌরি, কুমৈ য়েংবা চংপিরু” অশুম হায়রদা লম্বোইবনা মশানৌদা “হে ইবেম্মা শকহেনবী, শোংবোল য়াইরেন চয়, হয়েংদি লয়পাক মীয়ামা নিংথৌপা লোয়ননা সা·তনবা চংকনি হায়রি। অতুমা ঐস্তু য়েংবা চংলুবা তারি” হায়না তকপিখি ॥ ২৩ ॥

---

“মীংয়েং কদৌবা সানথৈরুগবনো, খোইয়ুম মতীক নক্তে অশুম থৌথাস্তবু “হায়গনো হে লয়মা নীথিবীও, ইমাম কোল্লোয় নত্তিনমেমবু মাল্লেম লমদা তাফমোংএ। নিংথৌ সনা মময় রাহনা হয়না মতুং ইমা মীংয়েং সানথৈরুগে। ১০ চাহুমবু শঙলও থৌরাঙবীও। খোইয়ুম ঐগী সম্লাং জাটাচুংগী মেয়ীসা অপশা সমু খাঙলুকচনবগা, কোঙয়াঙ হাতাংমাদা লাইজ উদিং কংদবগা ২ মায় চফু তিল্লাংশো, ঈবান খোয়দও ওংনা ১০ চাহুমনবা মোয়ীসা চাগা হালও” হায়না খোইয়ুম মতীক থচহনগে হায়বগী অস্তুম পাওমেনববু শোংবোল য়াইরেন চয়মা খোইয়ুম মতীক থঙদবগী তাঙজা ইকাইখিএ। “১০ থুংপুনমাস্তুং ওইরোইএ। লাইজ ঈশিং কুরেক ১ স্তুং হাপসিংলোই তাঙজা ইকাইএ” হায়না লয়মা সনা মথুংথোরা ১০ চহুম্মতা হাপচিনববু খোইয়ুম মোয়ীশা লম্বোইবানীগীনা লুপ্লাং মনীং কোয়ঙমদে। ১০ অমুক থুংফাম চউনা হাপচিল্লবস্তুং মোয়ীসা থ উনীং কোয়দনবগী লয়মা পায়মা মুংফুমনা রাহলখিএ। “তাইয়ম-শিংও মেয়ীসা মত্তৌ লৈএ” হায়না মদাইরেন নমু মীপুম ১০০ তংবু চফু তিল্লাংশো, ইবান খোয়দও ৬ থোংনা রাথমখিএ ॥ ২৪ ॥

রাহুল— "করম্না চৎপীগদৌরিবনো ? লাইনীংহনা চৎপা ঙম্মীয়ে-ই হায়না হায়জবরু "শকহেন্বী ইবেম্ম" মহাক ঐবু থিগনু। ইকুগী য়াথং হীক্কোকপা য়াবা নত্তে। অহুনা মিংথৌগী মতুং ইন্নবা চাম-থক্লবা থৌরাঙ তৌরু। ঐগী থাউ মখোঙ পাম্বা মচ-অাসগা, মগী উতোং অসিগা অনী অসিদা চাক-এঙ্গাং থোংহৃনা হাপচিল্লো, ঈশিং হুয়হিল্লু।" হায়না লাইগী মতিক খঙহন্নবা থৌরাং তৌরকপদা শৌবোল যাইরেল চৎনা লাইগী মতীক খঙদবদগী মথন্দা ইকাইখুম্নিনা থনখি— "চাক চহুম অমা, ঈশিং থুজোক অমম্ম চল্লোইদবা অসিদা মীগী মম হুদা ওবে রুা ইকাইজগ্রেদা" হায়না লমনা চাক চহুম অমা হাপচিল্লুবদি মাংদা চাক য়াওরি হায়রবা কাও উত্রে। অমুকন্ম থুখাম অমা অমুক হাপচিনবদম্ম থাউ মনী কাওনা কোয়ত্রবদা জহুমা পুমহক চেক্লুদ্রা। হায়রকই—"ইনাইশা, থাউ অসি মওং অমনি" হায়দুনা মী ১০০ না চাক থোংহুনা, ইরান ৬ তা এঙ্গাং থোংগৎখি ॥ ২৪ ॥

---

১দাইবেম মাল্লেম লয়পাক কোয়বশিংবু তাঙ্জা ইকাইএ হমদগী মীৎয়েং নাউশুমদা, থে:ম্লেম তুমগম্দমা ১০ চথোং হানবরু মোমীসা থাঙতপ মস্তুং থনবীদরে অশাইবৈগী খোম্লাং কুয়েক অদিশাঙ্গুং লাইখ ঈহোন তোয়, কহ্চেং লুচাউবীচা মাল্লেম থৌরম লয়চেল্লে, মঙ্গম হাঞ্জিনবল্লুং খোম্লাং মমীং কোয়বীদে। উনিং তাংমা থন্দরিইদ্রে। কৌবা চৌংলেন নোংপো ঙানবনা হায়রক্লবগী লয়মা পুক্নীং অকিচঙনা রাকৎচখিএ। "হে খোইয়ম কোয়ও ইনোংখো র ভবন ইকাসা ঐবু লোঙ্কবা ইথুংজো তা-ও। নদাইবেম ঐনা অসি ইম্নং সোয়য়ায়মাদা ১০ চেঙ মচং চাংকেম মপুম ১০০ অংবু চফু থিম্লাং শৌনা হাঞ্জিনবল্লুং মোমীসা থাউ থনখিদে। লাইজা তোয়না হোন, ইমু ক্ষমশীনবরু খোমলাং মপুক ফংদরিইঙনা ইপুংকৌবা চৌংলেল নোংপা ঙানবমা হায়ক্লে। নদাইবেম নাউবা ঐনা লঙজ-অয়োনবরু চাক্লপী-ও" হায়না অঙুম রাকৎচন্নবদা খোইয়ুম নামুংবমা "হে মোমন্নু নামা অপিশা-ও, লঙজ করি লৈত্তে। অকি

পুক্নীং চেঙগুনো। ইমান সম্না মময় রয়না মীংচেং সানবৈরগে” হায়রবদা লয়মা সৌদ্রেল য়াইরেন চত্নুনা চিংগু মতীক অরুববু শান-থঙলবগী অনৌবা মাল্লেম লয়দা তুমা বাক্চথিএ ॥ ২৫ ॥

রাহুন— হয়েং মীগী মমাঙদা ইকাইবা নংগনি হায়দুনা অহিং মোংশোয়বা তুমদ-হীপ্তনা চাক থোকদুনা হাপ্চিনবব কেউ খাউ কাওবা য়োক্রে। ঙসিং উতোং অদুস্তু অহিংচুপ্পা মীয়াম্না ককচেং চংপগুম হোন্দুনা হয়বব উতোং মনীং কাওব কোয়ক্রিদৈদ মোং-ঙানবনা হাল্লকখদা লয়মগী পুক্নীংদা কিবা অমা য় ওয়রুক্তনা হঙ্জারবই — “লাইগী মশক ওইনা, ঐবু লোইব. ইবুংঙো অমুক্তা থোবীয় ননাই ঐনা ঙসি অহিং নোংশোয়বা চেঙ শঙবায় ১০০ খোংদুনা হাপ্চিনবব খাউ থনংলবা ভুমজক্রে। অদুগা ঙসিং উতোংস্তু মনীং কোয়খৎপা কাওবা ঙমক্রিদৈঙদা নোংঙানবনা হনখ্রে। মনাইবু রামৌ-বিগস্তুকো” হায়না হঙ্জচ্চরবদ লাই মতৌকচাউবনা হায়রকই “অঙাংগী মতম ওইরিবা ইবেম্মা নঙগোন্দবু করিগী নমান লরুগদগে রাকুস্তু ইকুপ্প মতুং ইন্দুনহুম মোংলুথিগে” হায়রবদা কয়থনা লাইগী মতৌক খঙলহুমা হায়রকই ॥ ২৫ ॥

---

“খোইয়ম ইশাবী-ও, মদাইরেমশিংগা নমু লাপ্লোশিন্ন লাজোই খোঙওইনাও। শমু খোঙনা চংকুনো। মমান নিংথৌ মদাইরেমশিংবু ফমথৌ সরেংশা, নিংথৌ মায়রোঙ হেম্বনা ঙাইনোরদৈঙেনে। তাইরম মাঙদচংনা ঙাইরোয়নখিঙ”। অশুম পাঙমেনববু “হে লয়মা মীংথিবী ও, লাঙ্গোই খোঙওইনদৈদে। তাইয় ঙাইরোইনকনোইএ। কৃসায় ঈরমচংপু মত্তে” হায়না কোঙয়াও চয়গু পালওইনম, তুম্না থাঙ্লায় থাং, মমান হয়না মতুংইন্না নমু মীয়ামক্তা চংখিনবু যমথৌ লোংনা কাং, নিংথৌ লাক্কশীনদনা ঙাইনোক্কঙ্গখ্রে। “হে বৈরাগী

কুসায় লম্বোইবা ও, নঙদি খোয়মা মায়োম্বং অসিদা য়ৌরম করি লৈবগী লায়কপনো। তোকপা-কাম্বা, সায়ু-লৈমাং কয়ৌওইবা অমত্তাবু ফাজহৈরোইএ। তাঙজা ইকাইদবরা। হওরেন ইখোয়না লাঙোই থুরূপ মায়ল হুওনা য়াওরও তুংইনতন, তিমমেন হুওসেন লয়বদা লয়বদা চেংলও মীৎপু ওকইংবে। হে কুসায় লম্বোইবা নঙদি লয়মা ময়া, নিংথৌ মমাক্কে হায়রবদি হওরেন মরান লেংহম্মুংদা লয়মা মাওদা খানা করি পাউ তমগনো" হায়না তাইনোক্কওাম্ববু খোইয়ম নামুংবদি মর্চন মেনয়োন নোক্কা পাউথুমবএ ॥ ২৬ ॥

বাহন— "লাইওইবা ইবুংঙো, ননাই মীয়ামা লোয়নমা শগোল তোংহুনা লেঙবীয়ু। খোঙনা চংশীগন্নু। ইপা নিংথৌগী মনাই অকন-অখোশিংনা নোক্কখিনি। খোঙলেয় থৌগনশিংগী মাঙদা মাঙদা লেঙবিয়ু।" অসি হায়না হঙ্চরুববু— "ইবেম্মা লয়মা নীংথিবী মীনাই-মীশনগা লোয়নন শগোল তোংহুন চংপ হয়বসিদি লম্বোইবা ঐখোয়গী হওনঙী নত্তে।" অসি হায়না তাংশীরহুনা চমও থুত্তা পাখ, তুম্বা থুংদা য়াম্দুনা মকু নিংথৌগী মচুং ইম্নবগীদমক্তা মীয়াম মরক্তা চওশিনখিববু মত্তৌ অহু উবদা অঙম-অথৌশিংনা নোক্কখিখি। হে লম্বোইবা, নঙদি অশোঙবা উরক বারক অসিদা করি তৌবা লাক্লিবা? সা-উংক অমত্তা ফাবা হৈগদবসু নত্তে, ইকইযোংত্রা? হোৎরেল ঐখোয়না তা-পায়রগা শগোল কয়া থওহুনা লা তামবন্দা মও পাথংকানি। অহুনা লম্বোইবা নঙদি নিংথৌগী মম্কনি হায়বগা হোৎন্নেন য়ুম য়োরগা লয়মদা করি পুরকই হায়না তম্নুগদৌরিবঃ? অসি হায়না নোক্কবিন্নবদা মতীক চাউবঃ লাইনা মোমোন মোকুমা হায়মকই ॥ ২৬ ।

"হোয় হে পাথৌশিংও, নঙখোয়দি অথম মীপোকপা, অথৌ

লাঙ্গোনবা মপেন্নে। হওরেন নঙখোয়না য়াওরও সা কাবদ, থীংলও পঙ্গুবু বৈরাগী লম্বোইবা নীগীন, মীংরেং সানকৈনীংবগী হয়না নঙ-খোয়গী নচুং হুনবনে। তোইঙ্গুম নমু পোং ওইবদি তাঙজা ইকাইখুম্না তুংগী বারম খঙদ, লোয়নবা পুংনে। মীগী মতৌ উদনা বারম পঙবা ঙাইনোক্লহৈদে।” অশুম বাহল্লিরিঙৈদা নমান নিংথৌ মপুথৌনা পাও-মেল্লকএ। “তাইয়মশিংও য়াওরও সাপুম্মাবু বোনেন পল্লাম্লবদি তাঙজা ইকাইনশে” হায়না অশুম বাশক্লবদা খোইয়ম নামুম্বা, কুসায় লম্বোইবদি নমু মীয়াম্না য়োদবা, তেকপী বোক্রাকোল, লমচৎক অচৌকপা, পামেন উথোঙখা, অময়া মুংঙাইবদা লাম্লং মোংসোৎ লাংনা মদেম ফমফম্লবগা খোইয়ম শম্লাং অটাগ্রৎদগী তাইবঙ মমু পোংবু খঙহন্দনা সাম্বুপ্পী, খোইমোম প র্বতী লাইরয়মগা, য়োয়বু সরস্বতী লাইরীক লয়মগা, ২ মাস্তং, মদাইরেম পেংনম-পেংদান ২ মাগা, নাম্বল কনবা লাঙ্গোই মচুম তাবা লীশাং মাগা মাপ্লবা মখোয় ৪ মাবু কৌথোক্লবদা “তাইয়ম পেংনম-পেংদান নপীংঙাদি য়াওরও সাকম অসিদগী সায়েন মশাং খঙনা শঙাই মনা নাকোঙ য়েংসমগীদি থাংলেল খুৎনা ফংনা লেপ্লকও” ।। ২৭ ।।

বাহন— “হোয়-হোয় অচুমনি অথৌবশিং, নঙথোয়দি অকম-অথৌ তাকলি। ঐদি লম্বোইবনিনা হোয়েন মঙথোয়না সা-তানবগী মরোঙ অহু য়েংজনীংহুনা লাকপনিদা। অহুবু মীওইবা হায়বা অসিদি অমনা অমবু ইকাইখুম্না তুংগী পোরম খঙনা লৈমিন্নগদবনি। মীগী মতৌক খঙদনা হেক্তো নোক্লবা হান্নবসি থক তৌয়োইদবনি।” মতাং অসিদা নিংথৌনা তাকপীরকই— “ইপুথোয়, সা অমত্তং হেক নাদোক-হনবদা ইকাইমশিকো।” অসি হায়না বাশক্লহনা চঙনগ্রবদা মতৌক চাউবা লাই লম্বোইবদি মীয়ামনা য়োম্লক্লোইদবা, সা-কৈ য়াম্না লৈবা অচৌকপা মকম অমদা মুঙাইনা হকচৌক লাংনা কমহনা শম্বুলক্তা লোৎ-

লিখী প:ঙোইবী লাইরীকলয়মা অমীগা লোয়নদা মনাই পেংনম-পেংদান অনীগা শামু মচুমজাবা ১০০০ পা মাকবা ঃখোয় ও বু কৌথোক্লুনা— "পেংনম-পেংদান নঙখোয় অনীমা শঙাই মনা য়েংথংবশিং অহূ ১০০ শুনা কক্লুনা পুরকউ ।। ২৭ ।।

---

হায়না খৌশীথিরবদা মদাইয়েম পেংনম-পেংদান ২ মাগি মাহুং চয়রোয়নমা য়াওরও সাকমংগী সাগেম নাকোও য়েংজবা লেমা চেংলও মীংকুপ মরমদা মাইথুংলরদা "নদাইয়েম ইপীংঙানা সাক্লেন মমা লেমা য়াওরও মশীং পায়কপদি সাগেন মশীং ১০০ শুএ" হায়না পাদম্লবদা খেইয়ম শিদবনা অশাইবৈগী খোইযোম লাই মামুংবী ২ ম:স্তুং মদাইয়েম পেংনম-পেংদান ২ মাপা মাখোয় ও মাবু তাইবও নমু পোংবু সানবঙ-হন্দনা সম্লাং জটা হুংদা সানথুম্লবগা মমান নিংথৌনচিংন য়াওরও সাগম শীন, থান্নী মমাং হও, চকযোম মখি মাই, ময়ম্লি লামছুম লামা, য়াওরও সায়াম হও, য়োক্লেল লমঙম্লকপাবু লঙোই থুম্লপ মম্লাঙহও; সাকয় খোংবোন য়ম্লনা চেংজও মীংপু লং, ইফুল মোংলৈ হও, হুবীং মখোঙ মস্বদা তিনমেন ভামায় চীং' স য়েও পানবৃতিং, খোজেন মোংথাক চয়প্লোয়নমা, হুমাং লেবই হও, শঙাই তুংইন ত:ন, থারিসা পুংলৈহং পাথৌ লেথয়নমা, সাংেঙ থয়থোক্লা, লাবা কজকহও, থবায় পামুদা, কামু খোঙচঙ তোয়, লাঙ্গোইদা শিবযু শোজিদনা অম্লাঙবা খোঙবা খোইনা সাগেন তুংইন কং, য়াওরও সাতু ওইমহমগে হায়না ভম্বা মথাচীক মাজং চয়মোয়ননা চকযোম ময়শা ভানবদি হুংঙাই মথৈ লৈতে ।। ২৮ ।।

মাহম— অসি হায়না থাথিহুনা মনাই পেংনম-পেংদান অমীমা মীংকুপমরুমগী মহুংদা য়েংথংবা সা মনা পুরক্লুনা—"মনাই ঐখোয় অনীনা ককলকপা মংকোং য়েংকী সা মনা ১০০ শুমা পুজয়ক্লে"

ছায়না পীরবদা ঙশাইগী লাই ৪ মক কনা খঙহন্দনা শম্বুল মনুংদা হাপচিন্দুম্না লোৎশিনগা মকু নিংথৌগা জোয়ননা লংপাক মীয়াম্না সাগী সারম থীহনা, ময় থাহনা কম্না চাকখংলক্লবদা সা-শিংনা খাঙবা ঙমদবনা চেস্লোক্লরকপা অহুবু শগোল শাজৈ নমথা থা কম্না তামরকপদা হুমিং মচাল উদব। মথৈ উফুম্না পুংমম মম্বা মরক্তা নোং-থাকপগুম লাউ, ত্তানা সা-থিনফম য়েংহনা, হুমাং লোক্লী চেম্না শগোলদগী তাগনি খন্দা, লোনা য়ুগনি কিদা কম্না তামহনা সাগা থেংনবদা করিগু কিরদনা তৌং ফুদোক্লহনা হুংশিংকী মমাঙ থানা সা-ফংনবা তাম্নবদা মৈশা মরক্তা হুড়াইবা ফাওরে ॥ ২৮ ॥

---

য়াওরও সায়াম থোক, সারেন মশীং লাকঙমদনা ত্তোকপা, কাম্না সামু. লৈরাং বোক্লেল. লাইরেন. সাতুক-সাঙাঙ, হুংবোক পায়বং, খুপিং-খুপাই, য়াওরও মশীং থীত্রমদা, শঙাই মপুম পাঙমদা, পয়া য়েক্লৈবা, কৈরেন নাকম্বনচিংনা থাম্বী মথমাঙ চেন, য়োক্লেন মায়য়োকয়া, মঘু থোক্লোয়থিম, শঙাই থুংনা নম্না য়াওরয়ও সায়াম তুরে। কোরও হুমীংচুপ, মাল্লেম মনা লোয়, থবি মতাংত্তেন, অরা মথৈ লৈতমা রায়মা সাতু য়াম্লবদা নিংথৌ ক্লোয়্লোয মরাথং থোক্লা রাহমখিএ। "তাইয়মশিংও, য়োয়ময়ায় মতাং-ত্তেন, থবী তম্লাই রোনগে ত্তোগুম-লকলে। ইরাম রাইথুং থেঙলগনে। য়াওরও সাশীং কম্নাত্তবনো" হায়না পাউক্লংববু মদাইরেম খুম সাশীংল কপ্‌মা য়াকংথিএ। "হে নিংথৌ রাইকবা ও, সারেন নঙগী ফমহও সামু য় ওরও মশীং ১০০ গুএ। অত্তম রাকংলবদা নিংথৌ পুক্লীং হরাউথোইনা পামেন উথোঙথ দা লাম্নং নোংশীং লাংনা অরা পোথাখিএ। মদাইরেম ফমদো লেংনা ত্তিন, নিংথৌ লেংনা কাংবশিংনা রাহমখিএ। "হে কুসায় লম্বোইবও, লম্না মরা, নিংথৌ মমাক্লে হায়না য়াওরও সা তামগে লাকপদি ত্তোকপা-কাম্বা, সামু লৈমাং কদি ওইবা অমত্তা কামকপনো। হওরেম লয়মা মমাও থানা কদি পাউ তমগবনে।" ॥ ২৯ ॥

রাহন= মশীং থৗওমদ্রবা সা-২য় ম শজি-শঙই, শরোম, কৈ, লমরোয়চিংবা সা ময়,মা ময় মরক্তগী চেম্বোয়কপদা তানা খিন্দুনা চোকথবা লৈতনা সা-য়ামা কারবদা মুমিং তাশিন্নরম্বনা নিংথৌনা মীয়ামদা তাকপীরকই—"মীয়াম পুন্নমক, হৌজিক্তি মুমিং তাশিন্নক-দৌরে। য়ুম য়ৌবা থেঙলগনি, হন্নসি। সা-বু মশীং কয়া শুরবগে ? হায়না হংবিরক্লবদা সা-মশীং পাব্রিবা খুম্ব শাশীংলাকপনা হায়রকই—"ইনিংথৌ ইবুংঙো, ইনিংথৌগী চানবা সা মশীং ১০০ শুজরে। অসি হায়বা পাউ তারবদা নিংথৌদি য়ামা লুঙাইনা, হকচীক লাংনা, উথোঙথাদা পেংখাখি। মতাং অসিদা অকল-অথৌ, ফম্নাই-ফম্নাই-বশিংনা লম্বোইবদা হায়রকই। "হো লম্বোইবা, লমমা ময়া, নিংথৌগী মনাক্তি হায়দনা সা-তানবা লাকপবু থয়মোয় শখি, করম্বা সা-কারবগে ? হেংমল লয়মা মাঙদা করি-সা পুত্থনা পাউতমগদৌরিবনো ?" ॥ ২৯ ॥

হায়মা রাহন্নবু খোইয়ম শন্নোল হৈবনা সতা লেংনা তিনবা লক্তগী মিংখো মায়য়োক কয়া রাহন্নকএ। "হে পাথৌশিংও, পাঙম মীরমবাকচানীগীনা য়াওরও সাতান হৈতে। তৌইগুম য়াওমও ঐগী কমহওসান্দি অসীনে" হায়মা সান্নেন মনা য়েংলবগীবু মান্নেম চিখুং পৈনা, থোরীশা কিথাউঙ্গুংগী মাকোং পরেংশানা হম্মথোক্লবদা মমাম নিংথৌ মপুখীনচিংমা ন.পন ময়াইকাববু অকি পুক্লীংচঙ; লৌশিং রাথম থোক্তা মান্নেম খোঙবী লয়খৈ য়েংনা শোংগীরবগী মমান নিংথৌ মপুখীনা রাথনখিএ। "মাক্লৌরেম কুসায় লম্বোইরা অসীবু খোইয়ম মহাদেব নামুংববু মরিগবক্লা থঙদ্রে" হায়মা পায়মা চুংফুম-খিঙৈদা ১০ চাপুক লাম, লাইজ ঈখো লাংলবগী নিংথৌ মরার রোন্দেগে তৌঞ্জুমবদা খোইয়ম নামুংব, খুসায় লম্বোইবনা চৌংঙু মতীক উংকে হান্নবগী মমান নিংথৌরেন থৌখামখিএ। "হে নিংথৌ মান্নেম লয়কোয় কম্ব-ও, মরোম লয়মা মীংখিবীনা ১০ চায়োমকপা,

লাইজ খোমহাল্লকপবু লৈএ। ১০ থুংপুনমাবু ভংবীখি-ও।"
মোরীসা খোঙবীরক অপিশাগা, কোঙয়াঙ মাতাং য়াইথোম অপিশাগা
সিংথৌ মাওদা থম্লবদা নিংথৌ তাঙজা ইকাইথোই, হয়ায় শেনগোর
মীয়া রাহমখিএ ॥ ৩০ ॥

রাহন— অসি হায়না হায়মকপবু শায়োম হৈবা লাইনা মীয়াম
ময়ক্তা নিংথৌগী মাঙদা ফমহুনা হায়মকই— "ঐদি মীয়ৈবাক মচা
ওইবমা সা-তামবা হৈজদে। অহুবু ঐগী চানবা সা-শিংদি অসিনি"
হায়হুনা স্নেং থংবা সা-মনাশিংহু থাউ মমুংদগী চরোংশান হয়দো-
ক্লবদা মকু নিংথৌনচিংবা মীয়াম পুম্নমক ঙশাই: থৈ মাপল তৌরবা
অহু পুমতকওয়া ফিনয়বদা মকু নিংথৌনা থনখি— "ঐগী ইমাক
লম্বোইবা অসিবু অথোইবা লাই নোংপোকশিদববু ওইরিগদ্রা
থওত্রে" অওমহায়না চিংনহুনা লৌরিত্তৈদা লয়ব.ক মীয়াম। অয়াম
খৌরাংনমক্লহুনা হুমনগী থোমাঙ তোনমক্লবদা অথোইবা লাই লম্বোই-
বনা লাইগী মতীক উংলগে মীংলহুনা মকু নিংথৌদা হয়মকই—
"হুসিংথৌ ইবুংঙো, মচাইবেম্মনা য়োম্লকপা চাক-ঈশিং য়াওরি।
চথোম তমমদা ওইমবস্ তু চাখিশি" হায়না থাউমচা ১ দা চাক থয়া
হামহুনা উতোং অমদা ঈশিং হাপ্লনা সি.থৌগী মাঙদা পুথোক্লুনা
থম্নবু নিংথৌনা ইকাইয়হুনা হায়মকই ॥ ৩০ ॥

---

"মাক্লৌরেম কুসায় লম্বোইব-ও, ১০ নঙগী চায়োম্লকপা অসীবু
কদৌনগথনো। তাইয়ম নমু পোংবুম্মাগী ১০ থুংপুনমাসুং ওইসাংলোইএ"
অঙম পাওমেন্নুববু "ইমান-ও তৌইগীদি মদাইমেম হায়ম মীশীং
অয়াম্বস্নুং, লাঙ্গোই শপোল,-শামু অয়াম্বা থৈবীকস্নুং ওকতৈনে" অওয়া
পাউথুম্লবদা নিংথৌ পুক্লিং হয়াউ চঙনা মাইহৈমশিংবু ১০ চায়েল
হল্লবদা মোয়ীসা য়াইওইবদি সনা থাউনীং ভেংদগিতৈনা লাঙ্গোই শপোল

শামু পুম্‌ মাসুং ১০ চাযৌনন চাঙম-থকঙম্‌দমে হায়দবরা। "খোইরম লায়য়িংথৌ চীংঙ্‌ মহাদেবা নামুংববু কেপা মাঙইরে হায়না সম্লাং কাথনা খুংকাং চাংজও ১০ মানা চেপা-লোয়া, মাল্লেম লয়দা পক্কা পুরমজখিএ। "হে খোইরম নামুংবও, মদাইরেম ঐবু তাইবঙ মমু পোংনউতোমনীঙীনা খোইয়ম মতীক থঙদমে। তাইবঙ মমু পোংবা চাবু থজিকএ" হায়না পুরম্লবদা চীংঙ্‌ শিদবমা বাহমখিএ। "ইমান নঙবু খোইরম ঐনা করি বাঙইঙাইবু লৈতে" হায়রবদা নিংথৌ মদাইরেম মামেম লয়পাক কোয়বা পুমমাসুং থবায় মিমেম পাইনা শোংকিন থএ ॥ ৩১ ॥

রাহম— ইমাক লম্বোইবা, নঙগী চয়োম অসিম, করিতৌমগদৌ- রিবনো? মী অমা ফাওবা চাবা কেমমোইদৌবা অসিবো"। অসি হায়রক্লবদা— "ইকু ইবুংঙো অহুগীবাদি মীয়ামজিগীদা নঙ্গে, শগোল-শামু পুম্মকসিম্ভু চাবদা লেমগনি" অসি হায়না থুম্লবদা নিংথৌমা পুক্নীংদা মুংঙাইবা অমা কাওমদনা মনাইশিংবু মীয়ামগী চাক য়েলহল্লবদা থাউ মাইওইবদগী চাক্তি য়েম্বা লোইহিল্লিতৈদা মীয়ামদা নত্তমা শগোল-শামু ফাওবা চাবা ঙমদ্রে। মতৌ অসি উবদা নিংথৌনা—"লাইয়িংথৌ মোংপোক শিদববু শোয়দনা ওইমগনি' হায়না থল্লদনা খুং লোয়হুনা লৈপাক্তা ওমা খুরমজখি। "হে লাই অথোইব-ও, ননাই ঐদি করিগু লৈত্রবা মী ওইরবনা লাইগী মতীক থঙজরদবদগী মীমা হায়না থঙ্রুরে।" হায়না খুরমজরবদা লাই শিদবমা তাকইরকই— "ইকু নিংথৌবু ঐনা করিগী বাহৌরুগদগে"। বাফম অসি তাবদা লৈপাক মীয়ামস্থু কিবনা থক-থক নীক্লখি ॥ ৩১ ॥

---

খোইরম কুমায় লম্বোইবদি চীংঙ্‌ মতীক থঙলবগী পামেম উথোকথা, মাওরও পাকমস্থুংগী লাংগোই সম্নাঙথক্তা হুল ই সাপোংশেম,

সনা চোঙলেন খাম, নিংথৌ খোঙনা চৎনা লয়পাক অয়াম্বা খৈবীকসুং য়ারা খোঞ্জেন চাউ, লয়পাক মনিন নাইনা হুংঙাই মথৈ লৈতনা নিংথৌ সনা য়োরকোম্নংদা রাইথুংলরে হায়দনর। হয়েং কোরও নোংবুম মঙালি শুরবগা চীংঙ নোংপোক মহাদেবা শিদবনা রাইমখিএ। "ইমান নিংথৌ মপূর্ণী-ও, খোইয়ম ঐবু ভাইবঙ মাংসাপাল অসিদা য়াঙ্গোইকরোইএ। খোইয়ম ইঙাইরোয়, চীংঙ ঈহীশাংন রাওইরক-লৈঙনে। মযোমগা কোরও নোংলাংপান্দা কামান থিরগে। ইমার শানৌ নতৈ-ননাউসুং চাহয় কুমশীং ৫০০ গুমা পানম নংরুপবো। লাংহৈ কুমশীং শুরবগা খোইয়ম সনা ঈখোঙথাবু ইন্দারকও" অশুম লমশুবীরবগা লয়পাক মনমনাইবা পুরামানা মাল্লেম লয়দপক্লা পুরুম্রবগা খোইয়ম মামুংবদি মশাগৌ শৌবোন য়াইরেন চহুগা সমু পাঙ্গোয়মনা খোইয়ম ফজীরেনবু ইন্দানখিগে হায়দবরা। হে লিক্লাইও, চীংঙ মরনকুপী লয়পাক হুংঙাই মথোইতোংনা পানহৌরে হায়এ ॥ ৩২ ॥

রাহুন— অশুম্বা লাই লথোইবগী মতীক থঙলক্লবদা সা-তান-কমদগী শামু মথক্তা দোলাই শেমহুনা, চোঙ (পে) খন্দুমা, নিংথৌনা খোঙমা চত্তুনা, মীয়াম পুমমকসু হয়াউ তরারা লাউ-খোংহনা খোগন তৌহুনা সনা কোম্বংদা থুংখি। অশুম্বা সুমীং ৫নি শুরবদা লাই নোংপোক শিদবনা তাকপীরকই— "ইবু নিংথৌ মপূর্ণিব ও, লাই ঐদি ভাইবঙমী মরক্তা লৈথোকপা য়াদে। লাইরমলেন্দা ঐবু শাউ-নরম্লগনি। অহুমা নচা হবেম্মগা কোরও নোংদোন্দা কাপ্তরগে। ইবু নিংথৌসু, লয়মা-নিংথৌ অনিমক চহী কুমশীং ৫০০ পুনশিনা পানহৌরো। হায়রিবা চহী মশীং অসি ওরগা ঐমা ইকমদা লাকউ"। অসি হায়না থোজনবীরবদা লয়পাক মীয়াম পুমমক্না লয়মায় পক্লা থুকমজখি। অশুম্বা লাই শিনবদি মশাগৌ শৌবোন য়াইরেন চহুপা লোয়মনা

থুজেং পল্লোয়রহুনা খে ঙশানথ্রবদা লাইগী থৌজাল নংপাক্স মুঙাইবা পা লহৌই ।। ৫২ ।।

---

মুর পাল্লি লয়পাক চোউবী খুদুপ ৭ থোনখৎপা, খোইরেম লাইপুংথোন সনা লয়কোয়পুংগী থুহুং লাংবক্কী বারী চুংঙাইরা, খোইরম লাইরাল্লন অচেংপা অসীবু নমু পোং ওইবা, অহল গুরুজন লাইওইবশিংনা খোইরম নোংপোক মহাদেবগী চীনগোয় ময়াথংবু তাঞ্জা লুনা থোংনা সেবা থোৎজরিব। অসবু উনবী পুক্নীংপিনা নাঙা-ও করু অরা কাক্লাএ। লৌশিং মথোঙ্গ তোংববু তানফাংজরেনে। খোইরম লাইহুই সেক খঙনবদি শৌংলেল অরেন্দনে। য়াংঙদুও সাবু ওইগে, খোইরম লাইবু ওইগে, নমুপোংবু ও গে হাঙ্কদ্রুং বাৎম ঙমা তৌনা লেত্তে হায়না খোইরম চীনগোয ময়াথংবু লেন্নে ঙাগী নিংথৌ মেহল্লি লৌশিংবদা শিন্নরমএ হায়দবরা। হে লীক্লাইও। ভিজোই মাল্লেম লংনেম হওবা, মনু খুয়াথাগী ওইরিবা ঐমা ওজা গুরু খোইরম লাই ওইনবা য়োয়মরাম লাইরেন তাউদবা ঙ্গীৎ খোয়রেন থাঙগুম শংগী রকয়ে মহিরমু হোন্দুনদা, তোজেং থমও মচঙথুম ইনবনদা, পোংথা শল্লম পীকপনা খোয়মা নয়াহেপ্পা পাইদুনা, পোন্নী মশা চোক্লবগা পামেন উতোন্দুকা অরা পোথাবহণুম্ব ।। ৫৩ ।।

রাহন= মুরাপাল্লি লয়পাক সনাগী লয়পুংগুম্বা লাইময়পাক অসগী থুথুং লাংবক্কী বারী চুংঙাইরবা, লাইরা ওইবা অসিবু অহল লম্মন লাইওইবাশিংনা নোংপোক শিদবা লাইগী য়াথংবু কোকথেংনমা থোগজরিবা অসিবু পুক্নীং চঙবা তাবীয়ু। করুবা কোকনি। পুক্নীং লৌশিং ওইগমি। লাইয়োল তীয়োন্দা থোশাদবা মীদবুদি ঙমেরনি। সাবু ওইগে, লাইবু ওইগে, মীবু ওইগে হায়বা অসি অতোপ্পা থোরোক অমা লৈবা নত্তে হায়বা অসি লাইগী পাউত,কপু ঙাগী নিংথৌদা

ভাকপীরমলবনি। হে ইনিংথৌ লয়মাইদা হওবা নাপীগুম, খোঙ্গ-
মেৎনফম ওইরিবা ঐনা তাকপী ভুন্বীদা লাইগী ভুমৎং ওইরবা,
নুমিৎকুম মঙান মাইবশিংগী পাউতাকপু ইনবা ভুমজন্দা, পাইবা
হেৎত্রবা ৬৮১৮. ...না পাইগে হোৎনবদা চেক্লা মপা চোকুনা
উত্তে মথক্তা অদা পোংখাবগুম ॥ ৩৩ ॥

---

নাউরা খোঙথাং হৈগুরিবমা হয়া লমচৎ খোঙথাং ত্তম্বগুম, কোরও নোংদোনগী লেইদাম থাজ পাথংবা, য়ুথক লথা থাঙবু শমু থুৎনা লাকে খৌতানবগুম, রকয়ে ছিটৈ... লাইজ রাম ইম্পীর-ভুগুবু লাইজ ঈখৌলাংবনা মুংবৌ তুরা চিবগুম তোংথাকয়রে। পায়মা শিলহৈরেংস্বা ঐনা য়াথং খোইয়া শমল স্নুং ন উরা ঈহৌশারে। খোইয়ম লাইবু নাংবা, লগুক অয়োম ভাকহৈবশিংও. মঙখোয়ন ক্ষমা ধর্ম্ম তৌনা ভাকপী-ও। তায়ম চীনগোয় ঈরাকম ন খে ভকেল ইমান নমান কৌবা চীংথংলাং পাংবয়মদা ওয়া থরায় ৫ মা মিরেন ৬ য়াবু, ৭ শেনথাউলীগুম্বু মরী স্বপ্ন চিংনা পায়মা উনগোয়ন্নুংদা হয়ি লাউনা কোনশিল্লগে। হয়িচা হয়া হে হে হৈয়া ॥ ৩৪ ॥

রাহম— চংপা হৈত্রিবা অঙাংমা চংপা তন্বগুম, নোংদোনথকী থাজবু থুংনা লায়গে হোৎনগুম, ছি লৈতবা ঈপকপু লা হাক্লিংবগুম ঈশিং খোয়াংলকপনা পুত্রি-তুরেল থিবগুম হায়তরভুগুনি। অয়োন অমান ভাকপীহৈবা লাইনীংবশিংনা মঙাকখোক্লা ভাকলীয়ু। নমাই ঈরাকমাকি (কবি ঐদি) অবাং কৌক্রচিও লোমদা ওয়ুনা থবাই ৫ মম, মিপা থানা ৬ থকপু। শেকাউ মরী তপাচিন-চিংশিনবগুম হকচাংমুংদা হয়ি লাউনা কোনশিল্লগে। হয়িচা হয়া হে হে হৈয়া ॥ ৩৪ ॥



**লোইরবা :—**

